# তম্না খুন্নৌগী ভূৎ

## (ৱারীমচা)

*ইমা, মনিপুর নংগী নখুয়াদা*

*নচানা খুদোলসিমতং*

*কৎচ্চরি।*

ধনশ্যাম ৱাহেংবা

**_TAMNA KHUNNOUGI BHOOT:_**

a collection of fifteen
short stories in manipuri

*By Dhanashyam Wahengba*

Data Entered



অহানবা ফোঙবা :
জুন ১৬, ২০০৮ ইং।

অফোঙবা অমসুং কোপী বাইট :

ধনশ্যাম ৱাহেংবা,

ৱাঙ্গোই

মমল : লুপা ৭০

কম্পোজ : নেপসি প্রিন্টর, ৱাঙ্গোই বজার।

নমফম : এ: টি প্রিন্টর, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

'তম্না খুন্নৌগী ভূৎ' হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অসিদা ৱারীমচা তরামঙা য়াওরি। অহানবা ৱারীমচা 'মৈরানবীদো' অমসুং অনীশুবা ৱারীমচা 'হায়রি থোক্লমদাই নুমিৎনা' হায়বসি এ: আই: আর: ইম্ফালদা চহি খরগী মমাংদা পাথোকচখ্রে। লাইরিক অসিগী ৱারীমচাশিং অসিদা ওল্লক্লিবা সমাজ অসিগী য়াওল খরদং য়েক্লবা হোৎনজবনি। ৱারীমচাশিং অসি কনাগুম্বা অমত্তগা মরী লৈনদে। মনিপুরী সাহিত্যবু নুংশিজবদগী হৈত-হৈতনা খুৎ থাজবনি। নৌনা খুৎ থাবা হৌজরক্লিবা মীশক্তি খন্না তরাম্না লৌশিনবীগনি। লাইরিক অসি মনিপুরী সাহিত্যগী মচল অমা ওইবা ফংলগনি খনবদা নুংঙাইবা অমদি অপেনবা পোকচৈ। লাইরিক অসিগী মরমদা নৈন- ৱারোল খরা পীবিনবা হায়জরুবদা হরাওনা য়াবীরকপগীদমক ওজা, ডা: এলাংবম দীনমনি সিংহগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অঙম্বা মতেং কয়া পাংবীদুনা মপুং ফাহনবীবগীদমক্তা মরূপ এল: সি: সুরজিৎকী মফমদসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি। অদুগা অতেনবা মতমগী মনুংদা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবীখিবা নেপসি প্রিন্টব, ৱাঙ্গোইগী মফমদসু থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

'তম্না খুন্নৌগী ভূৎ' হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিক অসি মীয়ামগী খুত্তা শিন্নজরি।

*ৱাঙ্গোই, ৱাহেংবম লৈকাই।*

জুন ১৬, ২০০৮ ইং। ধনশ্যাম ৱাহেংবা

# ৱাফম অমনীদং

'তন্না খুন্নৌগী ভূৎ' কী অইবা ধনশ্যাম ৱাহেংববু নহা অমা ওইনা খঙনবকপা কুইবে। পাউ তন্বা হৈবা মীওইনি। ইচম চম্না থৌদোক অমা তন্বদা নুংঙাইহনবা লোয়ননা মখা করি হায়না খঙনীংহনবা হৈনজবগী মওং অমা মশাদা ঈরোয়নবা থেংনরকই। ৱাদি পঙনা ঙাংগন্দে ঙাংলকপদদি নুংঙাইহনবা অদুম ওস্মী। মাগী লোনচৎ অমনি।

লোনচৎ অসি মাগী অহানবা খূৎথা ওইরিবা ৱাবীমচাগী লাইবিক অসিদা মযেক শেংনা উবা ফংই। কলম পায়বা য়াবগী লোনচৎ অমনি হায়না লৌবা চুস্মী। হৌজিক-হৌজিক হকথেংনবিবা সমস্যা লৌখৎলগা ফোঙদোকপা পামজবা মীওই ওইনা চোংথোরকই। ৱারী পরীং শেম্বদা, নাক-যেৎ শেম্বদা হৈ-শিংবা মওং খরা উই। ৱারী পরীং য়াওবা সাহিত্যগী মচলগীদমক্তদি মরূ ওইবা ৱাফম অমনি। পোৎলম অমা নৎত্রগা ফীবম অমা তেল্লপ্না শীংথাবদা মফম মতম ইকান-কালহন্দনা চোল্লপ-চোল্লপ, য়েকপা ঙম্নবা কন্না হোৎনৈ। তেল্লপ তৌবা ৱারী মচাগী লমদাংদা মবীক চুন্নক্কদবা সাধনা অমনি। ৱাবীমচাগীদি অহৌবা, ময়ায় অমদি অরোইবা মতাং অসি খুদৈ লোকফমনি। মতাংশিং অসি মিহুল খঙনা লোয়নদুনা অপাবদা খৎনুং নুংঙাইহন্নবা পাম্বে অমা শিজিন্নবা লাক্লরিবসি অফবা লৈখোন অমনি হায়না লৌবা তাই। অনৌবা পাউজেল ঈবোইনবা ৱারী মথং মথং অইবা ধনশ্যামগী কলমদগী থোরকপা ওইসনু।

কানচিপুর
জুন ১২, ২০০৮

এলাংবম দীনমনি
মনিপুরী মশঙ (ডিপার্টমেন্ট)
মনিপুর তাইবঙ মহৈকোল

# মৈরানবীদো

থা খরগী মমাংদনি। পুর্নিমাবু যুমদা ঙাইহাক্তা লৈতে, পংচত্তা চৎলি হায়না মমানা তোইনা ঙাংখি। পুর্নিমাদি মমানা হায়রিবদু তাবীখিদে। মানা থোকপা অমা তৌখি। তত্তনা সুম ঙাংবদগী চৎপা তোক্লবগুম উখি। অদুবু কলেজ কামিন্নবিবী ললিতানা খঙই মাগী মরৌ। কলেজ কাবগী মিংদা থোরক্লগা ইমোহোয়গী কার অঙাংবদা নুংতিগী কোইবা চৎখি ইমোগা।

নোংমা ললিতানা পুর্নিমাদা হায়রম্মী, - 'ইমোদু ময়াই কাবা নিশা শিজিন্নে হায়না তাই।'- 'ঐসু তাবে। তোক্লবা হোৎনরি হায়', পুর্নিমানা খুল্লম্মী। মমল য়াম্লবা মীওইবগী মপোকপু নিশানা শুমহৎখিদুনা তুংদা করি ওইরক্কদগে হায়বা মখোয়না খন্থবা ঙমদে হায়না ললিতানা হায়বা তারগা পুর্নিমানা ইখন খন্থদনা হায়, - 'পুন্সিবু নুংঙাইনা লেন্নবা হোৎনরি ওইরিনি।' মদু তারগা ললিতানা খোন খর কন্না হায়, -' মদুনবু কয়াম কুইগদগে ? পুন্সি চুপ্পা নুংঙাইগে য়াগদরা ? মখোয়গী ঙাইহাক্কী নুংঙাইবা অদুনা মীয়ামদা অকাইবা পীরিবসি উদ্রা ? কান্নদবনি অরেম্বনি পল্লুদবনা হেন্না ফৈ মখোয়গী ব্রাদি।' ব্রাহংসিগী পাউখুম পুর্নিমানা পীবা ঙমদে। মবুক্লিংদা নোংমতা নিংথিনা খন্থরুদে। অদুবু খরা খন্থবগুম উই। ইমোদি লেপ্লবা হোৎনরি, লেপখিগনি হায়না মহাক চেৎনা থাজে।

মীওইবগী পুক্লিংদি ফত্তবা থবক্না হেন্না হৈনৈ, তুরেলনা অনেম্বা মাইকৈদা চেম্থবগুন্না। শাবী-শানৌগী অপাম নুংশিদা পুক্লিংনা ময়াই কারক্লুনা ফত্তবদা চোংশিনখ্রবদি নিংঙমদবগী মৈরীনা চাকথেক্লকই। মৈরিসিদগী নাম্থোকপা তরাই তরাইদে। পুকচেল লেপ্তবা হায়বসিসু অন্নাবগী মশক্নি। মাগা লোয়নরিবা মীদুফাওবা অন্নাবা খরদি নংদনিংঙাই লৈতে।

মতম অমদা লুনা চান্না লোয়নখিবা ইমোনা পুর্নিমাদগী লাপথোকখ্রে। মাগী অঙাংবা কাবগী মোল্লবা সিট অদু কনাগুম্বী অমনা ফমখ্রে। মসিদা থোইনা ঙক্লিংঙাই ওইদে। মরমদি হৌজিক্কী মতমদা যাম্না অসিগুম্বা থৌদোকসি থেংনখ্রে অমদি তাখ্রে। থন্নাই ওইবম্বা ইমোনা থাদোকপীরম্লবা পুর্নিমাগী ফিভমদি অন্নাবগী মশক্নি। ঙসিগা থানা নুমিৎ নীপান্নি শুরে চাক নিংথিনা চাদবা অমসুং মপাল থোকখিদবা। অহানবদা মহাক ইমোগী ব্রাখলদা চাবা থকপা মফম মবাং খংদনা ফমুংদা ওন্না থোইনা খাংলম্মী। মসিগী মতুংদা নুংশি তাৎ তৌরম্বা ইমোনি খন্দুনা মাগী ব্রাখলদগী নাম্থোক্লবা হোৎনরে। অদুবু মাগী হকচাংদি ইকন কনখৎতে, হেন্না শোনজিল্লকপগুম তৌই। ডাক্তরগা তান্নবা দরকার ওইব্রা হায়না খল্লি। অদুনা ডাক্তরদা চৎতুনা য়েংহল্লুই। অকুপ্পা লাইওং খঙদোক্লবা ঈ টেষ্ট তৌখিবগী রিজলট য়েংনবা অমুক চৎপা তাবি। তানজাসিদা ললিতাসু চংলকই।

-'ঐদি নশা ঙমদে হায়সু নহালমখৈ খংদে, ঙরাংদা মখংই। কলেজ কামিন্নদবসু ফর্নাদি কুইরর্বনিনে।' - 'উম, ফনা কুইবে নং ঐগা উন্নদবা। -'নংগীসি থোইবী লাইনা ওইর্রিনি, নৎত্রনে ?' পুর্নিমানা নীংঙমদবগা লোয়ননা হায়বকই, -'ললিতা ঐ মাগী ব্রাখল থাদোক্লে। মানা ঐবু খন্দবা ঙম্বনিনা ঐসু খন্দবা তম্লে। ফরে ব্রাসি ঙাংনরগুমসি।'

পুর্নিমানা ডাক্তরদা চৎলুসি হায়দুনা ললিতা মবান্নি থোরকই। ললিতানা খল্লি মাগীসি ইমোগী ব্রাখলনা ওইরিনি। অদুবু মানা হায়রিবসিনা করিনো ? অওইবমক পুর্নিমা ইমোগী ব্রাখলদগী হকচাং ঙমদবদি নৎত্রে।

পুর্নিমানা ডাক্তরগী কাদগী চিন্তাগী পোৎলুমগা লোয়ননা থোরকই। নিংথিরবা পুর্নিমাগী মাইথোংদা ঙসিদি অন্নাবগী অমুবা লৈচিলনা খনজিনখ্রে।

মাগা চৎমিন্নরিবী ললিতাদসু অমুবা লৈচিলগী মমি খরা ফংলদুনা অৱাবা ফোঙদোক্লি। অনীমক অহানবদা ৱা অমা অনী ঙাংরম্বদগী ৱা মখা তাদনা লাক্লে। অদুবু নীংঙমদবগী নুংশাশ্বরদি পুর্নিমা তত্তনা হোল্লি। ললিতিদি ময়ুম চংহৌবে।

পুর্নিমা মাগী ফমুংদা চুমদিং চংশিন্দুনা উবাক্লা উপ্তুনা হিপথখ্রে। খল্লকই ৱাখলদা মওল মওল 'ঐবু ইমা ইপা ইবুং-ইপ্বাশিংগী মমাংদা মায়সি উৎপা ঙমখিগদরা ? ইমান্নবী-ইমান্নবশিংগী মমাংদা, নত্তে, নত্তে ঐ মদু ঙল্লোই। ঐ মীওইবা সমাজবু কিবে। মসিবু ঐনা খন্থহৌদবদগী নত্রা ? লংলবা মৈবিনা শুমহৎখিদুনা মৈরানবীনা অকিবা লৈতনা পাইশিল্লি মৈরী তম্না। মানা পামজরীবা মৈবীদুনা মাবু কবি ওইহনগদবা হায়বদি খঙজদে। মাগা ঐগদি কবিদা খেন্নৈ। অপাম নুংশিনা শুমহৎখিদুনা অফ ফত্তা খন্থহৌদবদগী হৌজিক্লা ঐবু চাকথেকহল্লবা। সমাজগী কল্লবা চৎনবী পলগী ৱাংমদা খোং থাংজিল্লুবা ঐ হৌজিক কদাইদা চৎকনি। চৎতবদি য়াদে। অদুদি মৈরীনা চাকথেকহল্লবা মশা যাওদ্রবা মখোং মখুৎ তেক্লব' মৈবানবী অমগী লম্বীদা চৎপা তাই। ঐদি মৈবানবীনি মৈরানবী।'

পুর্নিমা অসুম্না খল্লিঙৈদা মমা চংলক্লুনা ডাক্তর চৎলুবগী মবোল হংলবে। পুর্নিমানা খুমদে, খুম্মু যাদে। অদুবু পুর্নিমাগী মিৎলুদগী পীরাংদি তত্তনা ইহৌরক্লি। হংবগী কান্নদ্রে খঙলবা মমানা অঙাং অমা থাদুনা ললিতাবু কৌরুচো হায়না থাখি। ললিতাবু খৌরাংনা কবি হায়বগদগে খল্লদুনা মপান্দা মমা-মপা, মবুং-মৌপ্বাশিংনা ঙাইরি। ললিতাসু পন্থদনা লাক্লে। মযাম চংদুনা ঙাইমদনা ডাক্তবনা করি লায়নানি হাযরকপগে হায়না হংই। ললিতানা হায়ফেৎ হায়নিংদবা মতৌ উবদা অমুক্কা নমহং হংলম্মী। ললিতানা হায়রকই, - 'ইমা, মাগীসি এইডসনি।'

'এইডস ! এইডস ! এইডস!' মঙোন্দদি লায়নাসি কমদৌনা নারকইবা ? মহাক কৈদৌঙৈদা ঈ কাপখিদে। হিদাক কাপ্পগী য়েত্তুম কৈদৌঙৈদা তিন্নখিদে। অদুবু মহাক সমাজগী ৱাংমদা চৎলুবা লমচৎ ... । এইডস হায়বা খোঞ্জেলসিনা থম্মোয়নুংদা খোংহ্বাং য়ৈনা শন্দোকখ্রে। শন্দোকখিবা খোংহ্বাংদু তার-তারগা মখোয়গী মিহুন্দো থঙ-থঙ হুনখ্রে। হুমাং শ্বাই শ্বাই কাখ্রে। শ্বর

ফুইনা ফুইনা হোনখ্রে। মিৎতা ঈ কারক্লে। মিৎ ঈ কারবা পুর্নিমাগী মবুংনা পুর্নিমাগী কাদা চংখিবদদি মহাক লৈরমদ্রে। ময়াম কোইচেন চেন্দুনা থিনরে। থিন্দনা থেংনবে মখোয়গী মনিংদা পুখ্রি মপানগী বোকুল পান্বীদা। ময়াম চেনশিন্দুনা য়েংলুবদদি লূরবা পুখ্রিগী ইংলবা ঈমায়থক্তা ঈমায়দা তাবা মমিগা লোয়ননা বোকুল মশা অমদগী মণ্ডক্তা থৌরি থুরদুনা তপ্না তপ্না হায়ব- হায়রদুনা লৈরম্লে মৈরানবীদো।

নবেম্বব , ১৯৯১

(১৬-০১-১৯৯৫ দা এ:আই: আব: ইম্ফালদা শন্দোকখ্রবা)

..............

# হায়রি থোক্লমদাই নুমিৎনা

- কদাইদনো রোমানা ঙাইরম্মু হায়রম্মীবো ?

জিতেন্না চৎনা-চৎনা ঐঙোন্দা হংলকই।

অব্রাং থংবা মাগী কাদুগী থোংনাও মপাদা হৌরিবা হৈনৌ মখোংদুদনি।

- অদুবু য়োংকী শারং অদুদগী মহাক্লা নাম্থোকপা ঙমগদ্রা ?

- মদুগী পাউখুমনি ঙসি ইবানিনা খঙগদবা।

ঙাইমদ্রবা খোংথাংনা লমজিংদুনা ঐখোয়নি হৈনৌ মখোং য়ৌরে। মতম্না লেপ্তুনা চৎখিদুনা মীদগীনা জীব পানবা পুম্নমক তুম্নখ্রে। অহিং চাক্তাবা খবদং মঙাইবে। অদুবু থম্মোই থম্মোই শিন্নখ্রবী মহাক্তী পীরাং লাইজ তত্তনা ঈহৌদুনা মীৎসনা থম্বালদো থুমলমগনি। কল্লবা মমা অমদি মনেগী শারংনুংদা ওন্ন-থোইনা খাঙলমগনি।

থেংনখি মা-ঐ নোংমা হিয়াংথাং বড় লাই খুরুম্বা নুমিৎতা পান-দুকান অমদা। নোং চুরকপদগী থুপখি পান দুকান অমদা মা-ঐ, ঐনা য়েংথোকখিবদা মহাক্লা য়েংথোরকপগা মীৎচান্নখি। কুইনা ঐগা মীৎচান্নবা ঙমখিদে। ঙমখিদে হায়বদনি লোননা লোননা নুংশি মীয়েংগী পাওখুম নুংশি মীয়েংনা পীনখি। নোং হাংলকপগা মমান্নবীশিংগা লাই খুরুম্বা চংশিনখি। মমান্নবী অমগী মরুমদগী লোন্ন-

লোন্না যেংথোবকপদি লেপখিদে। লাইখুকপ্পা লোইদুনা থোবকপদগী তনিক্লবা থম্মোইশিংদগী থোক্লকপা ৱাহৈ মঙা-তবানা ইঙাও ঙাওহনবীখি। তনিক্লবা থম্মোইশিংদা নুংশি ৱাহৈগী তেন্না থুম্না যুনখি।

মা-ঐ শাংলবা মতমগী থৌদোক কযাগী পবেংনা নুংশি ইতিহাস লেংলকখি। উনখি হৌখিবা বথ-যাত্র নুমিৎতুগী নুমিদাংৱাইদা মা-ঐ। মদুনা মা-ঐগী অবোইবা উন্নবগী মিকুপ ওইগদৌবিব্রা খঙদ্রে। মাগী শুমহৎপগী লাইৱা পুবা তবাববা চীনবান্দুনা মোমোন নোক্লা হাযখি।

- তাম্মো, খুবাক মযি অমুক্তা যেংবীযুবা।

(নোক্লদুনা) ঐদি হৈতেহে। ঐগীদুম অমুক্ত যেংবীয়।

- ঐদি কনানা হার্যবব ? তামোদি হৈবমদৌ ম'ল্লি মৈদি। হৈত্রবসু ঐগীদি হৈনি।

অদুদি কাব হাযবীযুগে ? যেংবীগে।

- সে, যেংবীরো ।

মখুৎ ওইদু নোক্লগা ভিংথোবকই।

পবিক্ষা মাই পাক্লদৌবি কন্না হোৎনবদি। মতম কুইনা লৈমিন্নদৌ হাযব লৈহে ঐগা।

ঐ অমুক যেংবীগে নংগীসু (যেংই মানা) কাব হাযবীযুগে ?

হাযনিংবা।

- নিংজবা থুংগদৌবি। উম আ অদুদগী তাম্মো নংসে মিৎ যামগললেযে।

- হুম, যেংবীবনু ।

ঐনা খুৎ চিংথোকই ।

- মীনা ফাগী তৌবগা। অমদুদি শোইদ্রেকো ?

- থবক থোক্লগা খঙগনি।

- থাজদবগী ব্বানিনে।

- খুবাক মযি যেংবশিংনা হাযবা লোইনা চুমদে, লোইনসু লান্দবা যাই। নং ঐবু হৈববনে ?

মানদি ঐনা হাযখিবদুদি চুমগনি হাযখি। মতম অদো অমুক লাকখিগদ্রা।

মতম অমদা নুংঙাইনা নুংশি ঈপাক্তা তাওথমিন্নবকখিবা অদুগা ঙসিনা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ অমনা লম্মাংনহল্লগদবা ? কবিগীনো হে বিধাতা নংনা ঈশেং শেংঙবী মপুবোইবগী শেবা তৌজবিবী নৌবিবী শুপ্পগী মচা অমখক্তা চাইর্জাবিবী বোমাগী মচেবু লৌশিনখিবা। অদুগা অমবোমদা ঐগী আশাগী বোমাবু মচেগী মহৎ ওইনা লুহোংবা ? নত্তে! হে নুমিৎ নং থোক্লকখিনু নোং ঙালহনখিনু বামাগ ঐগী চেংপন্দগী চিংথোবহনর্খিনু। অদুবু মীকুপ নাহুম শিংনা শেন্নবিবা মমা অমদি মনেগী মখুৎতগী নাম্থোকপা চমগদ্রা ? ঙসিগী অহিংসিনা লোইখ্রবদি মহাক শোযদনা যুম্লাক শাগে ওন্দুনা চৎখ্রগনি। নত্তে, নত্তে মহাক ওনখিবা পাদে। ঙবাং নুমিদাং থুংলববা মাগী চিটিদুনা মাংজৌননা ফংলম্লর্বদি ঐ ব্রাবমদবা যাই। অদুবু মমাংঙৈর্দদি মহাব্রা যাদবদগী ব্রা মখা তাখিদে হায লুহোংবর্গী বাফম। অদুনা লোয়া কনা খচহন্দনা লেপর্খি লুহোংবগী নুমিৎ। মাগী ব্রাখলনা চিংদুনা সার্কাখ ঙবাং মখোযগী হৈনৌ মখোংসিদা। অদুবু উনবদি ফংখিদে। নোং ঙানখিবা খঙহৌদে।

ও ! থেংজিলক্লে মতম। নোং ঙাল্লকদবা কুইশিল্লক্লে। ঐবু বোমাগী থোঙনাওসি থিন্দুনা কৌথোক্লসিবা ? অমদি তৌদবা যাদ্রে। অদুনা উইদুনা লৈবিবা জিতেনবু হৌদোক্লে। থোঙনাওদু থিন্দুনা কৌথোক্কে তৌবমক্তদা থোঙ হাংদোকপগী খোজেল অমা তপ্পা তাখি। বোমা শোইদনা ওইবমর্গনি। ও ! ওম্থোকপনি মপান থোকলকপা নংদ্রিঙৈ মমা অমদি মনেনা ফাখ্রমাল্লে। বোমাগী তনিক্লবা খোঞ্জেল নাপ্পদা যৈবকলি,

- ঐবু থাদোকউ ! ঐবু থাদোকউ ! করিগীনো ঐবু ফাজিন্দুনা থমলিবা ?

মমা - তুমিন লৈয়ুনেহে। অথেংবা অহিংসিদা কদাইদনো ? ইবেম্মা, থোঙ লোনশিল্লুনে। সে, পাইরকউনে চিংশিনশিনে।

- ইমা, ইনে , নখোয়না করিগীনো ঐবু ঋাহল্লিবা ? নচানা মীগী য়ুমদা ঋানা লেনবদু উরগা পেল্লগেরা ? ঐ শিরুরগে -ঐবু থাদোকউ, ঐবু থাদোকউ।

খোঞ্জেল ঋাংনা হিক-হিক কপ্পমবদগী তপ্না তপ্না নেমথখ্রে। মদুদগী লেপখ্রে। খঙহৌদনা থোঙনাও পর্দা হায়দোক্তুনা থোঙনাও হাংদোরকই। খুদক্তা মমানা চৈহৎতুনা লোনশিনখ্রে। পার্ডাদো চিংশিনবা খরা ঋাৎহৌবে। ঋাৎহৌবা মচিন্দুদগী রোমাগী মাইথোংদু ময়েক শেংনা উই। মমাই মমিৎ ইপোম পোমখৎনা, হুমাং মরিক মরিক্কা লোয়ননা পিরাং তত্তনা ঈহৌরক্লি। ঐগুম্না মাসু কায়না মৈচাক পুরিমাল্লে।

মথংদা করম্বা খোংথাঙনো থাংজিনগদবা ঐনা ? মনেদি উইথখ্রে। মমাদি তুমদ্রি। মতম খরগী তুংদা থোঙ হাংদোরকপগী খোঞ্জেল তাই। মদু লময়াই কাগী থোঙজাওনি। রোমাগী নত্তে, রোমাসু নত্তে। মাগী পাবুংনি। মহাক দাবিদা ফমদুনা হংচিক লাংলি। খঙহৌদনা নোংপোক মাইকৈদা চীংখৈ হুনবগী মশেক-মঙান খরা খজিক উরক্লে। শাবি-শানৌগী থেংনর্নিনংদ্রবা কায়নবগী নুমিৎসু থুংলবে। 'চৎলো, হনখ্রো, বিদাই পীরম্মো নংগী চান্নবাদা,' হায়রি থোক্লমদাই নুমিৎনা।

ডিসেম্বর কুম্ভামাথোই, ১৯৯২

(০৪-১২-১৯৯৫ দা এ:আই: আর: ইম্ফালদা শন্দোকখ্রবা)

............

ঝাবি কয়া কয়ানি অমগা অমগা শান্নরিবা মাগী মাগী পালি ঙাইনদুনা। ঐগীসু পালি য়ৌরক্লদুনা চংলে। য়েংই কুপথনা। অদুবু কুপথনা য়েংলগা নহান য়েংখিবদু ফত্রিবসি করিগীনো ? অদুবুদি চান্নরুদবা হায়বদু ওইবা য়াই। যেংবা লোইরবদা ঐনা হংলই, -'সার, কয়া থমজবম্মুগে ?' নোকমি নোকমি তৌরদুনা হায়রকই, -'হিদাকসি নিংথিনা চাং নাইনা চাও শোয়দনা ফনিদা। কুম্ভ্রাদং হেক থল্লম্মু।' মসিদবু ঐনা কমদৌনা কুনদা পীগে হাযদোইনো ? অদুমক লৌজপ্রসনু হকচাং নুংঙাইতবসু অদুম ফরসনু।

ঙসাইগী ইতৈমদুনা হায়খিবা ঝা নিংশিংলকই, 'লনাই যেংবসু নত্তবা সরকাবগী লায়য়েংশঙদবু ওপবেসন তৌবদা নিংথিনা তৌবীনবা শেল যাম্না পীনৈ হায়।' মানা হায়খিবদুবু 'ঐখোয ইমাদু ওপবেসন মতুং থা তরুক লৈবফাওবা ফত্তে হকচাং নুংঙাইতে হাযদুনা ডাক্তব অতোপ্পা অমদা যেংহল্লুবদা মবুক মনুংদ কাতি যাওরম্‌দনা লান শান্নখ্রেদনা।'

নোংমা মরুপ অমনসু হাযখি 'ওপবেসন তৌখিবগী ওইশিন্দবা অপোম্বদ মেথোক্লুবদা ফি মচেৎ মানবা অমা য়াওবমদুনা চীংথোক্লুবদা বেন্দেজ ওইবম্মী।'

মেডিকেল সাইন্সনা চাওখৎলবসু পৃথিবীগী মীশিং অযাম্বনা লাযেংব ঙম্নদ্রি শেল লৈতবনা। অমরোমদা শেল লৈববসু লাযেংবা ঙমদ্রবা লাযনা কযা অমসুনি। মসিদা অমুক পুক্লুংদা কাতি, বেন্দেজ যাওরম্বগী ঝা। মতম অসি য়াম্না লুশিল্লক্লি। চৎখিবদা ঝাখিদবদু হল্লকপদা ওহ্বোক্লা চোকথৈ। ডাক্তবগী যুমগ পার্কিংগা য়াম্না লাপ্পবসু নত্তে।

গাডি লাক্লে। গাডিগী অহাংবা সিট অমদা শাংলবা শ্বব অমত্তং হোন্দোক্লগা ফমথকই। গাড়িসু লেংঙম শাঙমদনা চৎলি।

জুন, ১৯৯৩

...............

# শিথরকপা মচু

-'চাওখৎলবা যুগ অসিদবু মৌনা ফি ইল্লি ইন্দেগানা। অম্না লেংজুমদা য়াল্লিবসি ফাওবা ব্রাই চিল্লবদা। হৌজিক্কানগী মৌ কযানা শেৎ- ইন্নরিবা ঙাক্তনি। মী অসুক য়াম্না ফুরিৎ ঙকশম লাওবী লিৎনবিসিদি ? ঐনা হেক লিৎলদি আ মী মকোক অনী থিংজিনবা চল্লনি, অদু তৌবে, আদা তৌবে। ইমাবু হৌজিক্কানগী চৎনবী কবিমত্তা খঙদ-উদ্রব্রো ?'

মাগী সন'তোম্বী হার্যবীসিনা মমাদা হায়বিবসি ঐদি হান্না অদুম খঙলবনি। মমা অসিনা মচানুপী অসি অমত্তনি হায়না লৈশারিগৈঙদা কেথোক মৌথোকহন্দুনা তৌবিবনি। ঐদি মাগী লমচৎ শাজৎ লোইনা খঙই। ঐনা মখোয়সিদা হেক লাকপদা মানা শেৎলম চাবম্বদু মিনি ইস্কৎ, টাইট ফিটিংগী ফুবিৎ-খোংগ্রাও, ফুবিৎ ঙকশম লাওবী, ফিগা থাগদবা ফুরিৎনা ফুরিৎ ওইনা, খোইদৌ উৎপী অকৌবী ফুরিৎ, মনুংগী ফি উৎ-উৎতুনা শেৎপা ফিজেৎ কনাগী জাৎ শুবিনি। মানা তৌখ্রিবা সঙ্গ ময়ামদুনা অমা মাগুম্বী হেক ঙাক। ঐনা মখোয় ইমুংসিদা অহানবা লাকপদা লময়াই কাদা লৈরম্মী। অদুবু হৌজিক্তি ব্রাইটিং রুমগী সাইড টেবল মথকসিদা অমুক লৈরে।

নোংমা শাস্তনা মখোয়দা কোইরকখিবা নুমিৎতু ঐ ঙসিফাওবা কাউবা ঙমদ্রি। লাকপবুদি তোইনা লাকখিবনি । অদুবু নুমিৎতুদগী ঐনা মাবু নুংশিবদি

খংহন হন্থখ্রবনি। কনা লৈত্রবা নুমিৎতুদা মখোয অনীনা চৎখিবা লমচৎ শাজৎশিংদু নিংশিংবদা তুবু চুংই। ওমদি ওমখ্রেদা ওহ্মোক্লা হৌজিক্কানগী লৈশাবী-পাখংশিংসে। নুমিৎতুদা মানা ঐঙোন্দা নাল-নাল্লদুনা হাযখি, -‘ইতা চন্দ্রমুখি নংদি ঐনা চৎপা লমচৎ শাজৎ লোইনা খঙলিবনি। নংনা ইমাদদি তাকথোকপীনুকো।’

খবা লৈবগা নেপালদা এক্সকবসন চৎলুই। ঙাইহাক্তা পোত্থাদে, পিকনিক চৎলিবনি, এক্সকবসন চৎলিবনি হাযদুনা। মৈতৈ নুপী মানবু মাগী অঙাংবদু থক্লবনিগা হাযদুনা লৈবকইনে। অদুনবু আদদি কবিগী থকলম্লোই। হৌজিক্কানগী নিশা চাবা মীবমচৎ যাওদ্রব পাখংশিংগ হেক চৎমিঃবে। মোই হৌজিক্কানগী এইডস হাযবদু পক্লবনি হাযমী। মমাংগী চহিদনি সেন্দ্রাদা লম কোযবা চৎলুবন কৈন্যা কৎলেনা তৌনখিবদু। ইম্ফাল যৌবকপগা মখোযনা কৎপনা কৎপন ঐখোযদি মতম চান্দ্র হাযদুনা হন্নবকইলেনা হল্লকখর্বনি। মনা মনিজ নহৌদনব কনাগী মাইকৈ শোমগী খববগা লোইনা থিংজিল্লুবর্বনি।

মতম খবা লৈবগান সনাতোম্বী চেনখ্রে হাযদুনা য য হেব লাইনকই মযুম পানখ্রগা মাগী ভাওবসি খবা হনগনবা এতন্দে। কযদা তৌনা হমখ্রনো। লুহোংবা মতুং থা মঙা শুবদাননে মান মচা গাসি পে কাপ্রবা।

মাগী হাক্তক্তা মমা অসি ইকাই যিব ক খুমদন মগা থোকপ চাঙেইগ্র হাযনা খনর্বন, অদুম মথোকই। মাগুম্না মবা, যাম্ন কাযলক্লেনা তৌনব্রা।

মতম অসি লুখ্রেদা। ঐঙম্না লে, লাকপ ঙমদ্রবা অমনা কনিংবু তৌব ঙমগনি। লৈবাক্কী ইজং শাক্কদবা, ভারতকী শক্তম ব়নগদবা নহারোলশিং নোংচুপলোমগী চৎনবাদা লুপ্পুনা হেক লৈরে। হিন্দি ফিলমগী নোমনা হেব লৌবে। মতমগী অওনবসিনা লমসিগী নাং ওইবক্কদৌববব? মযাম্না পাম্বশিংন মযামগী ওইহৌবা, পামদবশিংনা মাঙখিবা তার্বনি।

মহৌশা নংত্রে, সনাতোম্বীসু জ্ঞান তাননবা মমা অসিনা হন্দক মবাঙ ফনা কন্না মহাইবনি। মমা অসি মচাগী খনবদা ইকাইবা ফাওই নুংনাংই। মমান

হায়, -'ইবেম্মা নংবু জ্ঞান তাউনে লাইরিকসু ফনা য়াম্না মতম্মবনি। পৃথিবী অসিদা জাতি খুদিংমক্না মাগী মাগী শক্তম কন্ননবা কন্না হোৎনরি। অদুগা ঐখোয় মৈতৈনা মীগী চৎনবীদা লুপ্লি। মালেমসিদা ইশাগী সংস্কৃতিনা ময়েক শেংনা ঙাল্লন্নবসু পুম্নমক্কী কোকলেন্দা ফমলন্নবসু হৌজিক্কী মীরোন্না থৌশাবীদ্রবদি শিথরগা মাঙখিবা মশানা তাবনি।

ফিদু নিংথিনা ইনশিল্লু ইবেম্মা, ফি ইন্নদবা লৈবাক্তা লৈবসু নত্তে। ফি ইন্নদ্রিবদুসু মখোয়গীদি চৎনবীনি। ঙসি মৈতৈ নুপীগী কোখুম নাম্থুব্রে। মশাদা ফি ইন্নিংদ্রে। মৌগী ফনেক খোইদৌদা নাম্থুব্রে। ইশাগী ফিজেৎ, লমচৎ শাজৎনা ইশাগী ইগুন লেপ্লিবনিনে ইবেম্মা।'

ঙসিদি মমানা লেপ্পা লৈতনা মথং মথং হায়থবকপা তাবদা সনাতোম্বী ইকাইগুম শাওনিংগুম তৌই।

সনাতোম্বী ফি নিংথিনা ইন্দুনা য়াম্না কেনা থোকখি। অদুবু মহাক থোঙ্গাল লাম্থোকখিবদা কবি তৌরমগনি ? রাইটিং রুমগী সাইড টেবলদগী হেন্দোকপা ঙমদ্রবা মদুসু গ্লাসনা মাইকৈ মরিদা খাজিল্লবা চেনা শাবা চন্দ্রমুখি ঐনা খঙলুবা ঙম্বা নত্তে।

মার্চ, ১৯৯৪

..............

# অকুৎপদা লৈতৌবা অতোংবদা লৈথোনবা

নুমিদাং পুং তবা তাখ্রে। নুমিৎ মঙাল লৈবিঙৈদগী ওমচাক্লবকপা হৌজিক ফাওবা হন্থদ্রি। অতিযা ঈপাক্তা পাইবিবা পবানবা নোংগী মবক্তগী তবানিগী থাজনা নাম্থোক্লবা কন্না হোৎনর্বি। অবাপ্পদা মুসুক মুনা উর্বিবা চাংশাশিংনা পোখাইবক্কদবগুম খলহল্লি। উপাল-ব্বাপাল কযানা তুমিন-তুমিন লেপ্লি। উচেক-ব্বাযা কযানা যাক্লা যাক্লা খোংলি। পুম্নমক অসি উকবগা অকিবা ফাওবদুনা লুখ্রাবী মমা-মচা মপান্দা হংচিৎ লাংলম্বদগী ইমুংদা চংখ্রে।

অবাপ্পদা গাডি যাংনা থৌবকপগী মখোল তাই। অসুম অসুম নকশিল্লকই। ইখঙ খঙহৌদনা অহৌবা পোখাইবগী মখোল অমা তাই। থংনবা মিকুপ্তা নোংমৈ কাপ্লবগী মশিং থিঙমদ্রবা মখোল তাবকই। লুখ্রাবী মমা মচা মমিৎ মনা চপ যুংই। মিহুলগী খোংজেল যাংখৎলকই। মচানুপীবু মমানা চেৎনা কোনশিল্লি। মপুক্লিংদা লাই খুবম্মী। খুদকসিমক্তদা নোং ঙালহললনিংই। ঙাইহাক-ঙাইহাক কান্নবগা নোংমৈ কাপ্লবগী মখোল তাবম্বদগী তাখিদ্রে। অবাপ্পদা গাডি যাংনা থৌবগী মখোল তাই। মমা-মচাগী মমিৎতা মখোযগী যুম তম্না যাংনা থৌজিল্লকপগুম উই। খল্লি থংনবা মিকুপ্তা কবি থোক্লগবা।

নোং ঙাল্লক্লে। মহৌশা লাইবেশ্বীগী শক্তমদা ইহাং হাংবগুম, ইব্বাৎ-ব্বাৎপগুম উবি। পাক চাওববা মালেম অসিদা মথন্তা ঙাইবগুম লুখ্রাবী ব্বা-লাং

ঙাংদনা শুমাংদা চপ লেপ্তুনা লৈরি। মহাক্কী তনৌরিবী মচা লৈশাবীদু ঙবাং সরকারগী লাম্মীনা লালহৌবনি হায়জিনবীদুনা পুখিবদগী মফম খঙদ্রি। লৈকাইগী মীয়াম্না কোয়থি থিরি। কায়নথংদা তুরেল মপালদা তাদুনা লৈরম্বা থেংনরে। মীনুংশিগী ৱাখল চেন্দ্রবা মীওইশিংদুনা লাকচ থীনা ওৎ-নৈদুনা শরাক তম্লগা হুন্দোক্লম্বনি। কৌবা হংবা খুমদ্রবা, অইং-অশা ফাওদ্রবা হকচাং অদু কনাবুসু নাচুংদনা অহাংবা অতিয়াগী মখাদা তাদুনা লৈরি। হকচাং অদুদা থৱাই অদুতংদি থম্বীরম্বা য়াবনি। অদুবু, মদু খনবীবা নত্তে। থৱাই য়াওদ্রবা মচাগী শক্তমদু উবমক্তদা মমা অদু লৈমাইদা হাইথদুনা তাখি।

হৌনরুবা তৌদনা মশিং থিঙমদ্রবা মীয়াম্না সহরগী পাক্লবা লম্বীদা থোমজিন্নরকই। কায়রবা থম্মোইশিংদগী লৈজবা পাঙ্গল পুথোক্তুনা অমত্তা ওইবা খোঞ্জেলদা লাউরকই,

- নুপী হাৎপা, - চৈরাক পীয়ু।

- নুপীগী ইজ্জৎ তেমশিংনবা, - চৈবাক পীয়ু।

মীযামগী দাবী খুদক্তা, - পীগদবনি।

দাবী কয়াগা লোয়ননা লাউদুনা চৎলি। খঙহৌদে মাইকৈ কয়াদগী পুলিস থোর্মাজল্লকই। টিয়াব গ্যাস কাপশিল্লকই । লাঠি চার্জ তৌরকই। পাম্বা কৈনা তান্নবকপা শজিন্তুম মীযাম অদু কায়দুনা চেন্নখি। কয়া অমনা ফাহৌই। কয়া অমনা শোকপদগী চেনবা ঙমদনা তাদুনা লৈবি। থৌনা ! মীয়াম অদুগী থৌনা যাওদে, লৈতে। লৈবম্লবদি চোংশিল্লমগদবনি, মচিঞ্জাক ওইহল্লমগদবনি চরাম্নরবশিংদুগী।

মরাইবক থীরবী লৈশাবী অদুদি কনানসু অশিবগী থৌ তৌবীদনা তাদুনা লৈরকপা ঙসি হুম্নি শুখ্রে। উপাই লৈত্রবী মহাক্কী থৱাই অদু অশি লৈবাক্কী খমুং থোঙারেলনা লৌশিনবীরমগদ্রা খঙদে। হকচাং অদুদি ইম্থোক ইনসিন শান্নদুনা লৈরি সরকার অমদি প্রজাশিংনা। অনীমক্না ঙাইরি মিকুপ অমত্তং - প্রজাশিংনা দাবী পীবকপা, সরকারনা প্রজাশিং ইংথখিবা।

তঙাই ফদ্রদুনা মমৈথংদা ফম্লাইবশিংনা খন্নরকই। হৌনখঙবা অঙম্বনা মনাইশিংদা অশিবা অদুগী মথৌ মঙম তৌহনম্রে। তঙাইফদবা পোৎ-চেং, হৱাই, আলু, থুম-থাও, থৱাইনচিংবগী মমল চেম্বর ওফ কর্ম্মসনা লেপ্লকই। মমল লেপ্লদা লমদমসিগী নোংমগী অফংবা খুৎশুমল খরতনা হিংনবা হোৎনজরিবা মীয়ামগী অয়াবা লৌখিদে। শেঙ্গাও পাইবা লল্লোনবশিংনা মশাগীদমক য়েংদুনা লেপখিবনি। অসিগুম্বা লেপখ্রবা পোৎকী মমলদগী তাদনা পীরগনি হায়না মীয়ামদা তাকপিখি। মফম খঙদনা মাঙখ্রবা থৱাই অদুগী মমল হকচাং অদুগা খ্বাইদগী নক্লবা মীওইদা পীরগনি হায়না তাকপিখি। হাপ্তা অমগী মনুংদা মেজিষ্ট্রেল ইনক্কারিগী রিপোর্ট লানখৎলগা মরাল লৈবা মীওইদা চৈরাক পীগনি হায়না লৈবাক্কী অঙম্বনা লাউথোকখি।

থা অহুমগী মতুংদনি মীয়াম্না খৌরাংনা ঙাইরকপা ইনক্কাবিগী বিপোর্ট লানখৎলকপা। থিন্থদনা মথৌনা ফরবা লাম্মী অদু সস্পেন্দ ওডর থোক্লে। লৈবাক্কী অঙম্বগী য়াথং তাবদা চন্নবা মীয়াম্না থম্মোইশেংনা থাগৎ ৱাহে কযা পাউচেশিংদা ফোঙনরকই। "ঐখোয়গী লৈবাক্কী অঙম্বশিংদি ঈশ্বরগী মশক্তি মখোয়না ঐখোয়গী থৱাইনি।"

অমরোমদা লাম্মী অদুনদি খল্লি -ট্রান্সফর ওডর ওইরম্লবদি লৈবা নুংঙাইত্রবা মফমসি থাদোক্কুনা অতোপ্পা মফম অমদা হাইনা-হুম্না পান্দুনা পেনজবমগদবনি। অদুবু সস্পেন্দ ওডর অসিনদুম হেন্না ফরবরা ? টুর প্রোগ্রাম খবা চৎকে। খবা লৈরগা থবক্তা অমুক হঞ্জিন্নবা হোৎনবা হায়দুনি।

লৈবাক ইরাং নেমথখ্রে। থাবুম কয়া হৌখ্রে। অয়ুক খুদিংগী নীংথিরবা কোরৌনা থোরক্লি। থাজসু অহিং কয়াদা ঙাল্লি। মহৌশা লাইরেম্বীগী শক্তমদা অহোংবা লৈত্রি। অদুবু অয়ুক্কী কোরৌ ওই, অহিংগী থাজ শক, আশা কয়াগা লোয়ননা নুমিৎ খুদিং য়েংজদুনা লেনজরকখিবী লুখ্রাবী অদুগী মচা অদুদি অমুক হন্না উখিদ্রে।

লেংঙম শাঙমদ্রবা অশাবা মুর্তিগুম মাঙ্গোলগী ফক্লাংদা ঙাথদুনা লুখ্রাবী ফম্লী। হৌখ্রবা থৌদোক কয়া ঙসিদা থোক্লবগুম উরি।

- ইমা, খুনগী লাই হরাওবা হয়েংদগী হৌদৌইনি। ইমানা কৈথেল চৎপদা লমথাং ফিগা মরৈ পরেংগা ব্রাইরকউ।

নিংথিরবা ফিজোল শেৎতুনা লাইবুংদা মচানুপীনা খুনগী মতারোইশিংগা থেক্লা-নৌনা জগোই শারি। মমাগী পুক্লিংদা লাইরৈবাক হায়বদু অসুম্না নীংথিজরমগদ্রা ? লাইরৈবাক্কী জগোই শাবীশিংদু অসুম্না ফজনা জগোই শাবা হৈরমগদ্রা হায়না খল্লি। থংনবা মিকুপ্তা পুম্নমক মাঙখ্রে। মদুগী মহুত্তা পুমহাং হাংলবা চিক্লবা ময়ুমদা মথন্তা মাঙ্গোলগী ফক্লাংদা ঙাথদুনা ফম্লম্মী।

- হয়েং অয়ুক্তগী চীংদা মতম খবা লৈরুবা তারে। শেল থুম য়াম্না নুংঙাইবা ঠিকাদারনি। হন্তক্কিসি নাম্থোকহনবা চুমদে।

মপুরোইবগী ব্রা তারগা হায়রকই, - চীংদা ঈরাং য়াম্না কল্লি হায়নরিসিদি ?

- কবিসু তৌবোইদা।

মপুবোইবনা চীংদা লৈখিবা থা অনী ফারক্লে। নোংমা চীংগী ঈরাংদা নোংমৈনা পান্দুনা হোসপিটালদা লৈহৌবগী পাউ লাকখি। হোসপিটাল য়ৌবদা মপুবোইবদি তাইবঙ থাদোক্তুনা চৎখিরম্লে। পুম্নমক অসি ঙসিদা থোকপগুম উরি। নীংশিংলরোই হায়বসু ঙমদে। নীংশিংলগনা তত্তনা কপহল্লি। হল্লক্লরোইদবা মচাবু অমুক লাকখিগদবগুম ঙসিসু নীংশিংলুরগা কৌরি, - ইমাগী ইবেম্মা নংবু কদাইদা চৎলবগে ? ইমানা কৌরিবসি তাদ্রবরা ? ইমানা নংবু ঙাইরিনে।

মপুরোইবা কায়নবগী অব্রাবসু খাংঙমদ্রিঙৈ মচানুপীবু মথাদগী শেৎতুনা হাৎতোকপীরবদা করম্বা মমানা খাংবা ঙমগনি। মান্নবা ব্রায়েল অমগী মখাদা ইমুং অমগুম হিংনবা মালেমগী মীয়াম্না হোৎনরক্লবা মতমসিদা ইশা-ইশাগী ওইজবা ফংনবগীদমক মীনা মীগী মথক্তা ওৎ-নৈরি, লানজদ্রবা থব্রাই কয়াবু

মাঙহল্লি। মসিবু করম্বা অচুম্বা খোংথাংনো ? অচুম্বা হায়বা ব্রাহৈসিগী ব্রাহন্থোক মী মীগী মতুংইন্না তোঙান-তোঙানবা জাৎলা ?

মতম কয়াগী মতুংদা নোংমা মীয়াম্মা নীনফুং নীনফুং ঙাংনবা তাবকই। হৌখিবা চহি অমগী মমাংদা সম্পেন্দ তৌখ্রবা লাম্মী অমা মতম কুইনা ফংলুদ্রবা মহাক্কী চাকথুংগা লোয়ননা মথৌ অমা শিন্নখ্রে। মফমসু অচৌবা অমা ঙাখি হায়নৈ। থেৎলিবা পজেং ফিরালনা শাখিনি।

জুলাই , ১৯৯৯

................

# তম্না খুন্নৌগী ভূৎ

তম্না খুঞ্জাওগী মখা থংবদা কিলোমিটর অমরোম চৎলগা লৈরি চাওবাক্লা য়ুম কুনলোম তাবা তম্না খুন্নৌ। খুন্নৌ অসি চহি তরারোমগী মমাংদা শোংলবা উমং-ব্রামংনা থল্লম্মী। মদুগী মকম থুপ্তুনা লমলক্কী শাহিং চাবা শা কয়াগী চাক্তাফম ওইবম্মী। ঙসিদি মখোয়শিং অদু মীনিল তারোইদবা অথাপ্পা মফমশিংদা চাক্তাখ্রে। খুন্নৌ অসিদগী খরদমক চৎলগা অশোংবা উমংনা ঙসিসু পাক চাউনা শন্দোকখ্রি। কনাগুম্বা অহল-লমন খরনা মফম অসি লাইফম-তিনফম য়াম্না কনবা মফমনি হায়নৈ।

খুন্নৌ অসিগী মখা ইথং থংবদা য়ুমদোমপোক ওইনা মচানুপী ঙাক্তা মরি পোকপা ইমুং অমা লৈ। মমাংগী চহিদা মচা-মমৌ অমদি মশুশিং থাদোক্তুনা অহল অমা ইমুংসিদগী তাইবঙ থাদোকখ্রে। খুন্নৌগী মীয়াম্না মহাকপু লাই চঙবা ঙমদবা মীনি হায়না থাজনৈ। মহাক লৈরিঙৈদা খুন্নৌ অদুদা লাই-তিন নৎত্রগা ভূৎ-প্রেৎনা তম্নবা অমুক্তা থোকখিদ্রি। খুন্নৌ অসিগী ওইনা মহাক্লা অশোংবা উমংগা হেক তাইননা লৈদুনা লাই-তিনশিংবু নমথদুনা থম্বনি হায়না লৌনৈ। মপা পোকপা মপুবোক্লা তাকপীবম্বা লাইব্রা অমা মহাক্লা পাইহৌই হায়না মহাক্লা হিংলিঙৈদা হায়বম্মী। মহাক্লা হিংলিঙৈদা মচা অমদি মশুশিংদা লাই-তিনগা মরী লৈনবা ফুঙ্গা ব্রারি কয়া লীরম্মী অদুবু মহাক্লা লাই-তিন থেংনবগী ব্রারিদি লীবমদে। মহাক লৈখিদবা মতুংদগী তম্না খুন্নৌগী প্রজাশিংনা নুমিদাং

হেক ওইবকপগা যুমদগী মপাল থোক্লবক্তি। মখোযনা অহল অদুদগী কান্নববা লাইব্রা অদু তমহৌদবগী ঙসিদা নীংঙমদবা পোক্লবি।

লৌবোক পম্থা যৌবক্লে। খুন্নৌ অসিগী মীযাম মাগী মাগী লৌ-শিং লোকফমদা থবক যাম্না চিন্নববা তাঞ্জানি। নুমিদাং অমা যুমদোমপোক অদুগীসু লৌ যৈননবগী ব্রা তান্নবম্মী। থেংজিলক্লদুনা মহৈ মহৈ তুম্বা চংনখ্রে। জিঙ্খনা কুপ্পা যুম অসিগী মথক্তা খঙহৌদনা কবিগুম্বা অমা তাবকপগী 'গ্রোং' লাওবা মখোল অমা তাবকখি। উইবোল-উইবোল তুমথকববা ইমুং অদুগী মীওইশিং অদু মিকপ খংথোক থোকই। মমিৎ-মনা চপ-চপ যুংখৎলি। ঙাইহাক্তি কবিগুম্বা খোঞ্জেল অমত্তা তাবমদে। মিহুল থক-থক হুনগৎলকই। অনীবকশুবা খোঞ্জেল 'গ্রোং-গ্রোং' হাযনা তাবকপদনি ইমুংগী মীওইশিংনা অকি-তুজুংলবা খোঞ্জেলগা লোযননা লাউনবকখিবা। মশম-মনা চপ-চপ যুংখৎলদুনা মমা মপাগী মনাক তান্না মচাশিং অদু চেনশিন্নবকই। লৈবাকতা নেৎনা-নেৎনা নেৎতবগুম মখোঙশিং অদু ইতাউ তাওবগুম তৌই।

ঙাইহাক লৈবগা যুমথক অদুদা কবিগুম্বা অমনা চৎপগী অহৌবা মখোল তাবকই। যুম যাংলেন্দা চৎলম্বদগী চাকশঙগী বেনম্তা তাবিবা যুমথক অদুদ কুথবকপগী মখোল তাবম্মী। ঙাইহাক্কী মতুংদা মচানুপী অতোনবী অদুন লাউবকখি, - 'ইমা ! ভূৎ চঙলক্লে, ভূৎ চঙলক্লে।' মযাম পুন্নমক অকি অখঙগা লোযননা লাউদুনা তুম্বক তাশিন্নদুনা লৈবে। কিবনা মমিৎনা যেংবফাওবা ঙমদে মমিৎ উইশিল্লি হাযবদনি উইশিন্দবগুম পুন্নমক উবি। মচা অতোনবী অদুনা অমুক লাউবক্লে, -' ইমা ! মখুৎ তিংথোবক্লে ! ভূৎ ! ভূৎ !' মখোয পুন্নমক্তা মশেক মবাং ওইনা অকিবা ফংনা ব্রাং-চাওববা মুশুক মুবা অমনা মখুৎ তিংথোবকপ উবম্মী। মখোযনা অকি-তুজুংবগা লোযননা কন্না লাউবম্মী। খুদক অদুদা ভূৎ অদু মাঙখিবম্মী। থেংলবা অহিং অদুদা নুমিৎ হেক তাবদগী মপাল থোক্লব কিনববা খুন্নৌগী প্রজা কনানা যুমদোমপোক অদুদা কবি তৌববগে হাযনা হংবীবক

ঙমগনি ? মদুসু অকি-তুজুংনীংঙাই ওইরবা ভূৎ প্রেৎনা তম্নরকপগী অকিবা খোল্লাও মরক্তনি।

অকিবা অহিং অদু হৌখিদুনা নোং ঙাল্লক্লে। খুন্নৌগী মীয়াম হোৎচিল্লক্লে। ভূৎ প্রেৎনা লাক্লবীরম্লবা ইমুংগী মীওইশিং অদু মীয়াম মরক্তা কিবা হন্থরক্লে। নীংশিংলুরগদি হৌজিক ফাওবা তু চুংলি। মীয়াম অদুনা ভূৎকী অকিবা ফংলবা শক্তম অদু মপুক্লিংদা শাগৎলুবদা অকিবা ফাওরম্মী।

খুন্নৌগী মীযাম্না তান্নদুনা ভূৎ প্রেৎ ঙাক্তোকপা ঙম্বা অহৈবা মাইবা অমা কৌকনবা মীওই খবা থারম্মী। মাইবা অদুনা য়ৌবকপদা হয়েং নুংশা হাইগৎলকপা মতম ফাওবদি শোয়দনা চঙগনি। মসিদগী ইমুং অদুগী নুপী মখৈ অতোপ্পা ইমুং অমদা লৈহনখ্রে। নুমিদাং য়াইরেক্লবা কয়া কিগনদবা নুপা তবাবোম ইমুংদুদা পুল্লবে। মখোয পুন্নমক লমযাই কাদা হিপ্লম্মী। ঙরাংগী ভূৎ চঙলকপা মতম অদু য়ৌবক্লম্মী। অদুবু ভূৎ চঙলকপগী শহুম অমত্তা ফংলমদে। ঙরাংগী থৌদোক অদু নিংশিংলুবগদি অকিবা ফাওবম্মী। ব্রা-লাং ঙাংনদনা তুমিন্না লৈনরিঙৈ তাঙাদুদা খঙহৌদনা য়ুমথক্তগী খোঞ্জেল কয়া তারকই -'গ্রোং ! গ্রোং ! গ্রোং-গ্রোং ! গ্রোং - গ্রোং !' মখোয় পুন্নমক হিপলম্বদগী ফুক-ফুক হৌগৎন্দুনা ফল্লম্মী। নুপা খবদি খঙহৌদনা অকি-অখংগা লোযননা লাউবম্মী।

ঙাইহাক কান্নববা মতুংদা চাকশঙ মথক্তা ভূৎ অদু কুমথখিবগী খোঞ্জেল তাবম্মী। খঙহৌদনা চাকশঙদা কোল-লিক হৈথবকপগী খোঞ্জেল তারম্মী। চাকশঙদা যাম্না কিনা থাঙমৈ পুশিন্দুনা য়েংবা মতমদা ফৈরা মথক্তা থাংগৎলম্বা কোল-লিক খবা মখাদা তাদুনা লৈরম্বা থেংনবম্মী। চাকশঙগী মোইরাং লাইজি খংববোমদা শাহুম অমা তাখি হাযনা য়েংলুবদা য়ান্দুনা থম্বা খাউ ময়োম অমা কন্না হাইদুনা লৈবম্বা উবদা মখোয় পুন্নমক শ্বায় লাওরম্মী। মশম -মনা চপ-চপ গুংলম্মী। হুমাং মবিক-মবিক শৌবক্লম্মী। মনাক অকোইবদা করিগুম্বা জিব অমত্তা লৈবা উবমদে। নুপাশিং অদু কিবনা মশা তনিক-তনিক্লম্মী। মখোয় অমনা

অমবু শোকনবিমখৈ খবা ফরম্মী। হেক শোক্লদবদা অমনা অমবু থাদোক্লুনা চেন্নখিদৌবা মাল্লম্মী। তাঙ্গা অসিমক্তদা চাকশঙ মথক্তা 'গ্রোং-গ্রোং' হায়বা খোঙ্জেল তাবকপদগী মখোয় পুন্নমক অকি-তুজুংনা লাউরদুনা লমযাই তম্না চেল্লকখি। থোংজিল অমা কাল্লগা লৈরবা লমযাই অদু য়ৌনবা হোৎনবদা অমনা অমদা থেংজিন্নদুনা তুশিল্লম্মী। কিমনখিবনা তুশিনবদগী মখোং-মখুত্তা শোক্লবা ফাওবা চৈনা অমত্তা ফাওবমদে। মখোয়গী তুংদা ভূৎনা তান্নবকপগুম খল্লি। খবা মমবা মচিদা ভূৎনা লৈবগুম মশেক-মবাং ওইনা উবম্মী। কিবদগী খবনা লাউবা যাওবম্মী। ইমুংগী কা খুদিংদা মৈ ঙান্না থাল্লম্মী। কিবনা মিৎ কল্লা অমফাওবা উইশিনহনবা ঙমদ্রবা অহিং অদু তপ্না-তপ্না হৌখিদুনা নোং ঙাম্থোবক্লে।

যুমদোমপোক অদুগী ইংখোলগী অশোংবা মফমশিং থাংনা যানথৎপা যাবা যান্থৎতুনা শেংদোক্লম্মী। যুম অদুদগী পংলাপ লাপ্তুনা নীংথিনা মুল্লবা সন মচুগী ফৌনা পাক শন্না লৈবি। ইংখোল অসিগী অকোইবদা উ খবা লন্তব লন্তক হৌবি। মনিংদা ব্রাপুং মচা অমা লৈ। বা অমদি যাংলেনলোমদা হায়থ্রিন। নুংশিৎ কন্না শিংলকপা নত্তনা যুমদা শোকপা ঙম্লোই। নুংশিৎ শিংলক্লগা নত্রগা শিংলক্তনবু ওইববসু উশা কেল্লকপা যাবা উ অমত্তা যুম মনাক্তা হৌদে।

ভূৎ ঙাকথোকপা ওন্বা মাইবা অদু যুম অদুদা থুংলবে। যুম অদুগী অকোইবদা কোযনা চৎতুনা তিল্লম-লাইনম শোকপা শোক্তবা কুপ্না যেংলম্মী ইংখোল অদুগী অকোইবদা উখোং বাখোংদা সম্না কুপ্না যেংলম্মী। মহাক্লা মযামদা হায়বম্মী - ভূৎ অদু তাম্থোকপা ঙমদ্রিফাওবা ঐ যুমদা হুনখিবোই। ঐনা লৈবিঙৈদা ভূৎনা কনা অমত্তদা অশোক-অপন থোকহনল্লোই।

অহুমশুবা অহিংগী যাইবেকপদা ঙবাং যাওখিবা নুপা খবদি কিবনা লাক্লে। মদুগী মহুৎ তা অতোপ্পা খবা যাওবম্মী। নুমিদাং ওইরক্লবদা যুম অদুদা যাইবেক্লিব নুপাশিং অদুদা মাইবা অদুনা হায়বম্মী, 'ঐ মপান্দা লৈগনি। ঐনা মপান্দা লৈবিঙৈদা ভূৎ লাক্লুনা তম্নবগী শাহুম হেক ফংবগা ঐবু কৌবকউ।'

চাক-ঈশিং চান্নববা মতুংদা মাইবা অদুনা ইমুংদগী মপান্দা থোকখিবন্মী। মাইবা অদু তপ্না-তপ্না যেনখাবোমদা লাক্কুনা মনিংলোমদা যৌবক্নে। মনিংগী ব্রাখোংদগী পংলাপ লাপ্তুনা মকুম অমদা ফমথখ্রে। পানখংলকপা থাজগী মঙালদা ব্রাপুং মচা অদুগী ব্রাশিং অদু মুশি-মুশিনা উববসু মশিং থিবা যানা উবন্মী। থোইদোক্না যুমলোমদা ঙমথবিবা ব্রা অদুনা হেন্না মযেক শেংনা উবন্মী। খংহৌদনা ব্রাখোং অদুমক্তদা 'শ্রোৎ-শ্রোৎ' লাউবা খোঞ্জেল তাবন্মী। অকি-অখং লৈত্রবা মাইবা অদুনা মাইকৈ অদোমদা মিৎ কুপ্তুনা যেংলন্মী। ঙাইহাক অমুক তাখিদ্রে। যুমদা হাযথবিবা ব্রা অদুদা যেংলুবদা অঙকপা ফংনা চাওববা উচি অমনা কাখৎপা উবন্মী। মহাক পোকহৌদগী অসুক চাউবা উচি উখিদ্রি। তশেংনমক ভূৎ প্রেৎনা শক্লোন অসি লৌদুনা লাক্লিবব হাযনা খল্লি। চাউববা উচি অদুগী মতুংদা মহাক্কুম্না চাউনবা উচি কযা মথং মথং কাখৎপা উবন্মী। ব্রা অদু অসুম অসুম লুমথংবক্কুনা মুম অদু শোক্লিং শোকমাং তৌবন্মী। মকোক চিংলিবা আঁকিবা ফংনা চাউনবা উচি অদুনা যুমথক্তা হেক চোংথখিবগা অতৈদুসু অমগী মথংদা অমা, অমগী মথংদা অমা চোংথবা হৈবল্লন্মী। খুদক অদুমক্তদা ইমুংদগী লাউবক্লন্মী,

'ভূৎ চংলে, ভূৎ চংলে।'

মাইবা অদু ইমুংদা চেনশিনখিবন্মী। মহাক্না নুপাশিং অদুদা হায, -'এ লৌব কিগন। ভূৎ অদু ঐনা শোযদনা তাম্থোক্কনি।' মাইবা অদুনা কা খুদিংদা চংদুনা যেংলন্মী। অদুবু কনিশুম্ব অমত্তসু উবমদে। অসুম্না অহিং অদুমসু কিনা হৌখিবন্মী।

নোং ঙাল্লগা ভূৎ তাম্থোক্লবা মাইবনা ইবাং-পূজা তৌবন্মী। যুমদা হাইথবকপা ব্রা অদু যাল্লগা পোলাং অমা শাবন্মী। মদুদা অথুম-অহাও কযা থাপ্লুনা যুমগা খ্বাইদগী নক্লবা লৌবুক্তা থাদোক্লন্মী। হল্লক্লগা মাইবনা হাযবন্মী, অমুং আগাদা ভূৎ অমুক হন্না চংলক্লবেতই।

সেপ্টেম্বর অমা, ২০০০

.................

# কৈন্যাদান

হেক যেংখিবদা মীফম হোংবা ঙন্নবোইদবা পাক্লবা তম্পাক অমদা পীক্তক তৌবা নীংথিববা চীংদুম মচা অমা লৈবি। চীংদুম অসিগী মতোনমক্তদা তুবিষ্ট হোম অমনা ঙাম্বোইবদুনা অউবশিংগী পুক্লিং চিংশিল্লি। মসিগী অকোইবদা মখল মথেল কযাগী মচুনা লৈতেংলবা লৈ কযা শাৎলি। খবা অমুক চৎথোক্লগা হোম অসিগী অকোইবদা চহি চুপ্পা শংদুনত্তা লৈববা মনা পুংলবা পীক্তক-পীক্তকপ উ পাম্বী কযানা পবেং পবেং হৌবি। উ পাম্বীশিং অসিগী মবক্তা লৈশা-পাখং জুবা-জুবা ফম্বা উবদা পুক্লিং ইনৌ নৌহল্লি।

হোম অসিগী অকোইবদা নুপা অনীখক্তি কনাগুম্বা মী অমা থিবগুম কোইনা চৎতুনা যেংলি। মখা থংবা নাকলদা খবা লাপ্তক্লা বাকেশ অমদি প্রেমী নুংপাক অমদা ফম্লম্মী। লৈ পাম্বী অমনা খনজিন্দুনা মখোয অনীবু তুবিষ্ট হোমলোমদগী যেংবদা উবা ফংদে। উ মবক্তগী ফাওজিল্লকপা নুংশা মঙালদ নুংঙাইত্রদুনা প্রেমীগী চুনিনা মকোক কুর্পমন্নবি। মক্ত্রবা থম্মোয অনীনা অমত্তা ওইনা তিন্নদুনা ফাগি-জগাই, হবাও তযাম্লক্তা লুপ্লি। বাকেশনা হাযবকই, - 'প্রেমী নখুৎ অমুক্তা তিংথোবকউ, অদুগা নমিৎ উইশিল্লু। ঐনা যাবে হাযদ্রিফাও মিৎ পাংথোকপা যাবোইকো।' প্রেমী মমিৎ উইশিল্লি। বাকেশনা ফুবিৎখা ওদগী খুদোপ অমা লৌথোক্লগা প্রেমীগী খুৎনিংথৌদা শিজিল্লম্মী। তাঞ্জা অসিমক্তদ কদাইদগীনো খঙহৌদনা নুপা মবি-মঙা চের্নাশিল্লক্তুনা মখোয অনীবু ফবম্মী মখোয অনীনা ফাবিবগী মবম হংদুনা থাদোক্লবা হাযবম্মী অদুবু মখোযগী ব অমত্তা তাবমদে। মমৈথংদা নুপা অমনা হাযবকই, - 'নখোয অনীনা লৈবল্লিব ফিভম অদুমক্লা ফাবিবগী মবমনি। বা যাম্না ঙাংগনু হেন্না চোপনিংদ্রবদি। ওফি যৌবগা পুম্নমক খঙলগনি।'

রাকেশ অমদি প্রেমীনা য়াম্না কন্না য়ানিংদবা ফোংদোক্লম্মী অদুবু কনা অমত্তনা ব্রা মখা তারমদে।

লম্বী লমখাংদা লৈরম্বা মীওই কয়াসু য়াওশিল্লক্তুনা য়া-য়া লাংদুনা কুম্মে অমগুম য়োমশিন্দুনা রাকেশ অমদি প্রেমীবু পুরক্লম্মী। খুনগী ক্লবকী ওফিস মনুংদা মখোয় অনীবু থল্লম্মী। ঙাইহাক লৈরগা মৈরা পাইবী ইমা কয়ামরুম লাক্তুনা ওফিস অদু পুমথন থল্লম্মী। ওফিসকী তোঙানবা কা অমদা প্রেমী অমদি রাকেশপু অমমমতা ওইনা পুশিন্দুনা মচিন হংলম্মী। মখোয় অনীগী ব্রারোল তারবা মতুংদা ক্লব অমদি মৈরা পাইবী ইমাশিংগী মমাংদা চৌক্রি অমমমদা ফমহল্লম্মী। মপালদনা কুম্মে য়েংনবা মীওই কয়ানা খৌরাংনা ঙাইরি। প্রেমী অমদি রাকেশ মাইথোং লাংশিন্না ফুম্বংননা ফম্লী। প্রেমীগী মিৎলুদগী পীরাংনা অতৎ-অখম লৈতনা শিন্থরী।

ক্লবকী সেক্রেটরিনা ময়ামদা হায়রকই,-প্রেমী অমদি রাকেশ চীংননিংঙাই ওইবা মওংদা লৈরম্বদগী ঐখোয়গী মিকুপ নাহুম শিংনা শেন্নদুনা লৈরিবা ক্লবগী মীওইশিংনা ফাদুনা পুরক্লে। মখোয় অনীনদি মশাগী মরাল হৌজিক ফাওবা য়াদ্রি। মখা তাবা থবক চথনবা ঐখোয়গী ইমা মৈরা পাইবীগী সেক্রেটরিদা শিন্নজরে।

মৈরা পাইবীগী সেক্রেটরিনা হায়রকই,- লমদম অসিগী ক্লব অমদি মৈরা পাইবী ওর্গানাইজেসনশিংনা এম্তি সোসিয়েল ওইবা - হূরান-চিন্থি তৌবা, নত্তবা লমচৎ চৎপনচিংবা মীবু মতিক চাবা চৈরাক পীদুনা লাক্লি। মসিনা হৌরক্লিবা নহাবোলশিংদা মখোয়গুম্না ফত্তবা লম্বীদা খোং থাংজিন্নিংদনবা ব্রাখল অমা পোকহনগদৌরিবনি। মসিদা ময়ামগী মত ফোঙদোকপীয়ু।

মপান্দকী মীয়াম্না লাউরক্লম্মী,- 'নহালমখে তৌবদৌনা কৈন্যা কৎথোকঅসে।' -'মরু হান্না কোক্লগা কৈন্যা কৎসে।' - 'কৈন্যাদি কৎতবা যারোই।' লাউরক্লিবশিং অদু তারগা রাকেশনা খুৎ লোন্নদুনা ক্লব অমদি মৈরা পাইবীগী মীওইশিংদা মখোয় অনী মরাল লৈতবা মীওইনি হায়না শেংদোক্লম্মী। চুম্নগী ইচম চম্না খুদোপ অমখক শিবীবগীদমক নত্তবা লমচৎ চৎলি হায়না লান্না লৌবদা য়ানিংদবা ফোঙদোক্লম্মী। মচা মশু ওইনা মচিন মনাও ওইনা নুংশিবীদুনা অচুম্বা বিচার তৌবীনবা হায়জরম্মী। অদুবু পুম্নমক মখোয়গী মফমদদি অরেম্বদা

তারম্মী। মৈবা পাইবী ইমা অমনা শাওনা ফুক হৌগৎতুনা হায়রকই, - 'ইবুংঙো, মীৎমক্না উহৌদুনা ফারক্লবনিনে, চেনবা য়ারোইনে। চীংননীংঙাই ওইবা মওংদা লৈরম্বা হায়বসিমক য়াম্না ফজরবা ব্রাহৈনি। মসিদগী হেনবা করি অমুক পান্নী-বগে ? ইমা-ইচা ময়াম মরকসিদা অশেংবদু ইকোক কোক্না হায়য়ু হায়রিরো ?'

ময়ামদা ওনশিন্দুনা, - 'কান্নদে মতম মাঙনবনি, কৈন্যা কৎথোক্লসে।' মযাম্নসু কৈন্যা কৎলসে হায়না লাউনরক্লম্মী। প্রেমীনা কপ্লদুনা হায়রকই, - 'ইমা-ইন্দোল পুম্নমক, নচাশিংবু নীংথিনা ব্রায়েনবীদুনা অচুম্বা লম্বীদা পুরক্লবা শিনবীয়ু। কৈন্যা কৎপা হায়দুদি তৌবীগনু।' অসি হায়বদুনা মরাল লৈরবা মীশক অমগুম ঙাকপীনবা খুরুমদুনা হায়জবম্মী। অদুবু পুম্নমক নুংদা ঈশিং চাইবগা চপ মান্নরম্মী। নাকল অমরোমদগী হায়রকই, - 'কৈন্যা কৎপদা যানিংদ্রবদি মক হান্না কোকসে অদুগা কোন্না কৈন্যা কৎসে।'

রাকেশ অমসুং প্রেমীবু ওাফসকী মপান্দা পুথোক্লুনা ক্লবকী সেক্রেটবিনা হায়রকই, - 'মশা মশাগী মরাল মতুংইন্না হৌজিক প্রেমী হাযবিবী লৈশাবী অসিগা রাকেশ হায়রিবা পাখং অসিগা কৈন্যা কৎলগনি।'

মীয়াম মরক্তুগী নহা অমনা লাউরকই, - 'মিৎনা উহৌদুনা ফাবক্লর্বনি হৌজিক্তি মখোয অনী লৈশাবী পাখং ওইদ্রে।'

ব্রাদু তবগা ময়ামনা ব্রা-ব্রা নোক্লম্মী। নাকল অমদগী নুপী অনী অহুম্ন কুন্দো পবেং সিদা লৈবে হাযদুনা চুজাক কবোক পবেং অনী পুশিল্লকই। কবোক পরেং অদু মৈবা পাইবীগী সেক্রেটরিনা লৌরম্মী। মতম অসিদা ক্লবকী সেক্রেটবিনা অইবা চে অমা পুথোবকই। চে অদুদা প্রেমী অমদি বাকেশ মশা মশানা মখোযগী মথক্তা শিবিবা মবাল অদু যাজবগা লোযননা কৈন্যা কৎপসু য়াবে হাযনা ইবি। চে অদু পাথোক্লবা মতুংদা মখোয় অনীগী সহি নমদুনা লৌরম্মী।

কবোক পরেং অনী অদুনা কুন্দো পবেং ওইনা মীয়ামবু শাক্ষি ওইহন্দুনা বাকেশ অমদি প্রেমী কৈন্যা কৎলম্মী। মীয়াম্না খুবাক প্রোক-প্রোক খুবি

নোক্লা-করেম্নবগী মিনোক কয়া নোক্লি। খোইদৌ শিকপা ব্না কয়া ঙাংনরি। পুম্ন মক মসি তাদবগুম মখোয় অনীদি চপ লেপ্তুনা লৈরি। ফোটোগ্রাফর অমনা লৈ পরেং হূকপগী ফোটো নম্লী। রাকেশ অমদি প্রেমী গ্রহন লাক্লিবা থাজগুম কাহৎলবা মাইথোংগা লোয়ননা মরু লুক্লা পুম্নমক খাংলি। প্রেমীগী মীৎলুদগী পী লেপ্প্লু হায়বা য়াদনা চেন্থরক্লি। মখোয় অনীনা করিবু তৌবা ঙমগনি। যাম্নবা মীয়াম অদুগী মাইয়োক্তা হেক লেপ্পুবদা হেন্না ইকাইবা নংগদৌরি।

মৈরা পাইবীগী সেক্রেটরিনা শিন্দুনা মখোয় অনীবু ক্লবকী সেক্রের্টারিদা খুরুমহল্লি। অদুগা হায়রকই,- 'ক্লবকী সেক্রেটরিনা মবুং শক্তুনা কৈন্যাদান পীবীনবা নিংশিংজরি।'

মীয়াম্না খুবাক প্রোক-প্রোক খুরি। মৈরা পাইবী অমনা প্রেমীদা ওনশিন্দুনা হাযরকই, -'চৈরাওবদা নবুংগী নখুৎনা শাবা খুদৈ অমা কৎলগদবনি। নবুংশিং নমা-নন্দোলশিংবু মীরাইবা যাবা নত্তে। শেল চংদনা ইরাই লাইনা কোক হেক লোইথোকপীর্বসি ফরবনি।'

মৈবা পাইবীগী সেক্রেটরিনা বাকেশতা ওনশিন্দুনা মখা তারকই, - 'ইযানুপা নংসু নবাই সেক্রের্টাববু কাউবা যাবা নত্তেকো।'

মীয়াম্না ব্না-ব্না নোক্লি।

মমৈথংদা ক্লবগী সেক্রের্টাবিনা মীয়াম তানবা হায়বকই,

- 'ঙসিগী কৈন্যা কৎপা অসিনা লমদম অসিদা পাঙথোকপা নীপালকশুবনি। মযাম পুম্নমব মখা তার্বাদ হয়েং অয়ুক্কী পাউ-চৈশিংদগী ফংবীগনি। থৌবম আস মপুং ফাহনবীবগীদমক ময়াম পুম্নমকপু থাগৎচরি।'

মীয়াম্না খুবাক প্রোক- প্রোক খুবি।

সেপ্টেম্বর নীপাল, ২০০০

..................

# আশাগী মঙাল

ঈরু-মাইথজদ্রবদি য়াদ কবি অমত্তা তাদবা হায়বা নীয়ম অসি বিহাবিনা শেমখিবা ঙসিদগী চহি তরেৎ-নীপাল্লোম ফাবক্লে। ঈকজবা লোইবগা পাক্লবা লাইবক অদুদা ঈপাক পাক্লা চন্দন থিনজিল্লি। চন্দন অদু উবমক্তদা কনাগুমবশিংনা শোয়দনা হায়বা ঙমগনি ঈশ্বরগী ভক্তিদা লুপচরবা অহল অমনি। তশেংনসু মহাক ঈশ্বরগী মিংখৈ শোনবতনা পোত্থারিবনি। মহাক্না খুত্তা মালা অমা পাইদুনা শ্রীহরিগী নাম শোনবা উবদা লাই কোটি কুম্ভুহুমদোইনা মনাক্তা লাক্তুনা ফমলগদবা মাল্লি। অহল ফনা য়াম্না ওইবে। নীংথিনা ঋাং চাউরবা শবান অদু উবগা নহা ওইরিঙৈদা মতিক মথৌনা য়াম্না লৈনা পাল্লকখিবা মীশক ওইনা উবি। মকোক অদু নীংথিনা মরু কোকথোক্লে। মঙকশমদা চাউববা উবিক পবেং অনী শিবি লৈঙাং শংবা খুদৈ অমা শেৎলগা পীক্লবা ফক মচা অমদা লৈঙাং শংবা ফি মচা অমা থারগা মঙ্গোলদা ফমদুনা নাম শোল্লি।

মচানুপা অনী ঙরাং চৎখিবদগী হঞ্জিল্লক্ত্রি। মদোমদা বিহাবি থোইনা লাংতক্লরুদে। মমাংদা যুমদা হঞ্জিল্লক্তবা কয়া য়াওখ্রে। নোংমা-নীনি নৎত্রগা হৰ্ম্ম - মবিনি লৈরগা হঞ্জিল্লকনি, ময়ুম লৈরি হায়না নাচুংলুদে। নাম অসুম শোল্লম্বদগী বিহারি হৌখিবা পুন্সিগী অৰা-নুংঙাই কয়া খন্দুনা য়েংলুই। মহাক্কী মচা নুপী অমা যাওনা মচা মবিনি। মচানুপা অতোনবা অদু চাহৈদবা চিঞাক চাকনা

তৌহ্নেদবা সঙ্গ তৌরুবদগী ময়ামগী মাং ইথা থানা চৎখ্রবনি। লমদম অসোমদা ইনৌ নৌনা এইডস লায়নাগী মরমদা মীয়াম্না নিনফুং নিনফুং ঙাংনবা হৌরকপগী অদুব্রাইদা লাইনা লাইওংদু অসুম্না তৌই হায়বা উৎলম্লগা চৎখ্রিবনি। মচা অদু লৈখিদবা হাক্তক্তগী বিহারিনা লাইনিং লম্বীদা খোং থাংজিল্লকপা হৌখি। মতুং থংনবা চহিদা মপানলোমদা লাইরিক তম্বা চৎখিবা মচানুপা অনীশুবদু লালহৌবা শাদুনা শেল খাইরম্বগী ফাদুনা জেলদা থা খরা হৱাই চারুই। জেলদগী থোরক্লগা য়ুমদা পোখাদুনা লৈরে। মচানুপা অহল অদুদি অহল ওইবগী মথক্তা ঙন্না ময়ুম মকৈ পাল্লে। চহি খরা অসিদা নুপী মরি শুরে লৌরিবা। অনীশুবা নুপী অদুতং নত্তনা অতৈদি হৌজিক হৌজিক খরা শাওনা, খরা য়েন, খরা ফোইদৎনা তৌদুনা লৈরি। কৈরোই-লৈকাইগী ব্রারিগী মচাক ওইরি। ইমুংগী লীলা অদু মপুংফানা য়েংলমদনা মনেম অদু লৈখিদ্রে। মহাক লৈখিদবা মতুং খরা লৈরগা অমত্তা য়াওবী মচানুপী অদু মচাগা লোইননা মপামদা লৈবনা খরা খিৎ নুংঙাইজনি খন্দুনা মহাক্কী নুপাদুসু পুরক্তুনা লৈমিন্নরি।

বিহারিগী ইমুংগী মী খোখোৎপা মখুৎতা হামদুনা চারিবনি। নুমিৎ চুপ্পা নুপাশিংনা কোইবা-লংবা, কৈথেলদা, লামঞ্জাও সরক্তা ফমলুবা, নুপীমখৈনা মকে শেমদুনা লৈবা, কৈরোই লৈকাইদা চৎতুনা ফম্লুবা, মহৈ-মহৈ মানা মানা থোকপা তৌনদুনা লৈ। নহা ওইরিবঁদা বিহারিনা পৈশিনখিবা মরন-মথুম কায়-কায়দুনা চারি। ফনা য়াম্নদি তুমশিল্লক্লে অদুবু থবক শু-নোমদুনা মচা মশুশিং মী ওইহৌনবা হোৎনগে হায়বগী ব্রাখল ইচং-চংদে। বিহারিনা নহা ওইরিঙৈ পাঙ্গল ফরিঙৈ কোইনা চৎতুনা শু-নোম্লম্মী। মমৈথংদা ইব্রা-ব্রাদনা নুংঙাইবা য়াবা লম্বী অমা ফংদুনা গঞ্জা কন্না লল্লোনবা হৌখি। মতমদুদদি মহাক্কী নুপী তথোৎসু দুকান চাওনা ফম্লম্মী। মচাশিং অদু মানা মানা থোকপা তৌদুনা লৈরকখি। নুমিদাং-নুমিদাং চাবা মতমদা উনবা নত্তনা অতৈ মতমদা কয়া উনবা নত্তে। হৌজিক্তি বিহারিনা য়ুমদা পোখাদুনা লাইনিং লাইশোনলোমদা পুক্লিং চংলক্লবা মতমসিদদি মচাশিংনা করি করম তৌরিবা হায়বদু খরা খরা উরক্লে।

থোঙ্গাল মযাদা গাডি অমা থৌজিল্লকপগী মখোলনা বিহাবিগী ৱাখলগী পবিং অদু মবক থৎলকই। য়েংথোক্লুবদা থোঙ্গালদা পুলিসকী জিপসি অমা খাম্বা উবম্মী। পুলিস অনী কুমথবক্তুনা মহাক্কী মনাক্তা লাক্তুনা হাযবকই, -ইপন্না পোকপবা কুমাবগা শন্তোসকা মচিল-মনাওসি ?

- মানি ইবুংঙো ! মখোযবু কবি কবি তৌবা যাওববগে ? ঙবাংদগী হল্লক্লিবনি।

- ইপন্না শোমদা নাম শোনদুনা শান্তিগী লম্বী থিবি। অমবোমদা নচানুপা অনীনা গঞ্জা লল্লোলগা শান্তিগী লম্বী ফংনবা হোৎনবি।

বিহাবিবু ষ্টেসন্দা লাক্লবা হাযবম্লগা পুলিসশিং অদু চৎখ্রে। বিহাবি ৱা-লাং ইঙাং ঙাংদে। মমাংঙৈ মহাক্লা গঞ্জা লল্লোনবদগী চাম্মা চৎপী বন্দল বন্দল ফংলকখিবগী নুংঙাইববা মিকুপশিং অদু নিংশিংলকই। হৌজিক পোথাবক মতমসিদদি অমনা ওইববসু অমনবু ওইববসু তানাশনবগী শবাক্তি যাওদনা লোইশিনবতা ওইদুনা লাক্লি। মহাক্লা পৈশিল্লম্বা লন খুদ অদু ভন্না মচাশিংনস পৈশিন্নীংলমাল্লে হাযনা খল্লি। ঙাইহাক খল্লম্লগা বিহাবি পুলিস ষ্টেসন তন্না লাকই।

ও:সি: গা উন্নববা মতুংদা বিহাবিনা বাবোল পুম্নমক খঙলে। যাম্লনা গঞ্জা পুদুনা বিহাবদা থানবা হোৎনবর্ম্বান। ফার্জিল্লিনা মচানুপা অনী অদুগা মীগা গ্রাইকব টাটা গাডি অদুগা তবাই তবাইনা লৌথোকপা যারোইদৌরে। বিহাবি মচা অনীবু উন্নবমদনা মযুমদা তন্না লাক্লে।

ইমুংদা মচা-মমৌশিংগা খন্নবা যাবা খন্নবগা খুনগী শেঙ্গাও পাইবা মী অনী-অহুম উন্নকবে। মমৈদা হৌজিক যুমফম ওইবিবা ইংখোল মচা অসিখক নত্তনা লৌ, দুকান প্লোটনচিংবা মান-চাং পুম্নমক কাযথোকখ্রে। মচা অনীদি ফাদোক তাগদৌবদগী কলহৌবে। ইমুং মনুংদি হান্না তোইনা লাউনবগী, যৈনবগী মথক্তা হেন্না হেন্না তোইশিল্লক্লি। বিহাবি ঈশ্বরগী নাম শোন্দুনা মপুক্লিং শান্তি ফংনবা ফনা কন্না হোৎনৈ অদুবু ইঙম ঙমদে।

নোংমদি শন্তোসতু ময়াম্বা অমগী মতুং ইন্দুনা বজারদা ময়াং দুকান অমগী পোং-চৈ য়োনবা য়াওননবা মী উনবা চংলিবনি হায়না তাক্লস্মী। মচানা থবক চংলমদাইদা বিহারিদা তাক্লম্বসিদা বিহারি মচাদা মুন্না য়েংদুনা মঙক নোমদুনা লৈহৌই। ঙাইহাক লৈরগা অমত্তা পোকপি মচানুপীগা মস্কাক্কা বিহারিগী মনাক্তা চংশিন্দুনা লেপ্লরে। মচানুপীনা হায়রকই,

- পাবা, ঐখোয় চংলগে, য়ুম থাদোকপা কুইরে।

- নংবু সিদা লৈবা নুংঙাইত্রবরা ?

- য়াম্না নুংঙাই, অদুবু ইনেম-ইকুগী সেবা অমুক ফংজরুবগে। তাচৌগা তয়াইগসু ঙাওশিন্নদনবা পাবনা খরা খরা ঙাংবীয়ু। নত্রবদি য়ুমফম অসিসু মুংখ্রগনি।

- ফবে, ফবে। নিংঙোলনা মপামদা হল্লক্লুনা লৈহৈদবনি। নখোযনা স্তান তবক্লুনা মদু হায়বকপা ঙাইবিরনি। নবুংশিংগীদি থোইনা খল্লুনু।

মস্কাক্তা ওনশিন্দুনা হাযবকই - ইবুংঙো, অচুম্বা লম্বীদা কন্না হোৎনদুনা নুপা থোক্লা হিংবা তম্মুবো। ওসিদগী ইমুং-মনুংগা নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নরুরো।

মচানুপাগা মস্কাক্কা বিহাবিবু খুকম্লন্নগা মশুশিংবু পুদুনা চংখ্রে। বিহারি পোংলুম খবা য়াংবগুম খল্লি। মস্সা পাইখংল্লী, হরি-নাম শোনবা হৌবকই।

হন্তক মর্বাক্ত বিহারিগী মচানুপা অহল কুমারদু কদাইদা করি শুবা য়াবা থবক লৈবগে হায়না কৈরোই লৈকাইগী মী উনবা যাব উনকই। নোংমদি চাকঙন চাদুনা লৈকাইগী মযাম্বা মনিগী মতুংইন্দুনা চেক শুরুগনি হায়দুনা চংখ্রে। মমৌশিংসু নহালমখৈ মিবাং থাংদুনা লৈবকপা ফিশা কোল অদু ফি শারনি হায়দুনা শেংদোকখ্রে। পুন্নমক অসি বিহারিনা য়েংলি।

নোংমদি মমৌনুপী অতোনবীদু বজারদা থবক অমা চংলিবনি হায়দুনা থোকখি। নুমিৎ তাশিল্লক্লে। মমৌ অদুদি হনজিল্লক্ত্রি। ফনা য়াম্না থেংজিল্লক্লে।

হৎজিল্লকদরা খল্লি অদুবু হনজিলকখিদরে। নোং ঙাল্লগা কুমারবু নুপী মপামদা লাকপ্রা হংহল্লুই। কুমারনা হল্লক্লগা মপাদা তম্মী, মপামদা নিংঙাইদা লৈরল্লে, মতম খরা মপামদা লৈজখিগে হায়হৌই হায়না। ব্রাদু তাবদা বিহারি মঙক নোল্লকই। খল্লি ইমুংগী শান্তি লাক্কদৌবা মতম পংলাপ লাপত্রে। মালা পাইখৎলি, নাম শোনবা হৌবকই।

সেপ্টেম্বর, তবামঙা, ২০০০

..................

# নশাগী লম্বী য়েংজরো

চাওভলগী মচা তরুক শুরে। পুম্নমক লাইনা পীবনি হায়না খল্লি। হন্তক ওপবেসন তৌরগা লৌথোকপা পুক্লুংদা শিরম্লবা অঙাং অদুগা মমাংগী চহিদা পোক্লকপা ইকুই কুইদনা লৈখিদ্রবা অঙাং অদুগা লৈরম্লবদি নিপাল শুগদৌরিবনি। নোংমগী শু নোমগদবা শুরু নোম্লবগা হনজিল্লকপদা চাওভলনা ফেমিলি প্লান্নিংগী অঙাং মশিং য়ামহন্দনবা থৌবাং অদু মুন্না খঙহৌদবনি। মীওোন্দগী হাইফেৎ তারবসু ডাক্তরদা চত্তুনা হংলুবা হঙ্গোইদুনা তোকখিবনি। হৌজিক্তি মচাশিং লোয়না চাউরে। মচাশিংনা অমুক ইমুং-মনুং পুবা য়ারক্লে।

মচাশিং লাইরিক-লাইশু হৈবা য়াবা হৈনরে। অৱাংবদা এম:এ পাস তৌবা থাওবে, অনেমবদা মেট্রিক পাস তৌদবা য়াওদ্রে। মচা অনীশুবা জিবনদু মপানা পামজবদগী বি:এ: তমহল্লি। মচাশিংবু লাইরিক হৈহন্নীংই। মশানদি মখোং শেংনা খঙলক্তদুনা হোৎনবা ঙম্মরোই খন্দুনা লাইরিক তম্বা লেপ্লগে হায়জবনি। হৌজিক্তি চহি অহুম চঙনা তমগদবা বি:এ:দু পরিক্ষা য়ৈথোক্কনবদগী চহি মঙা শুরে। মমৈদা মচানা পরিক্ষা থাবা তোক্লগে হায়বদু মপানা য়ারে। মচানুপা অতোনবা অদুসু ক্লাস টুয়েলভ তম্বা হৌরুরগা লোইশিনবা ৱারদুনা পোত্থারে। মচা অহল মনিদি এম:এ: পাস তৌবা চহি অনী ফারে। অহুমশুবা মচা শান্তোলানা এম:এ: তল্লী। মচানুপী অনী অমদি অমনা টুয়েলভ, অমনা বি:এ: তল্লী। অয়াম্বা মতমদা নুপীশিংনা ফিরোল শাদুনা, চাকথোং ফৌশুনচিংবা তৌদুনা মমা-মপাগী

মতেং পাংই। মচানুপা হান্না পোকপা পান্নরবসু মচানুপীদগী হান্না মতেং ফংই। মচানুপাশিংদি লাইরিক তম্মীবনি হায়দুনা পংলে মরে। কুম অমগী লৌউ-শিংউবদা ময়াম পুন্না শুমিন্নবদা খরা য়াওবা মণ্ডাই।

চাওভল অহল ওইশিল্লক্লে। কোইনা চত্তুনা থবক শুবা লেপ্পকপা চহি অনীরোম শুরক্লে। মাইকৈ অসোমগী ওইনা উ শুবদা হাইফেৎ মমিং লৈজরম্বনি। কোয়না চত্তুনা শুবগী মহুত্তা লেংদনা লৈদুনা ফর্নিচর চনবনচিংবা তৌদুনা লৈনিংলবনি অদুবু মতা অমা চাদদুনা পোত্থারে। লৌদগী কারকপা ফৌনা চানবা থন্নগা অতে খরচশিংদি মহাক্না পুরকপনি। হৌজিক্তি লৈকাই খুনগী পোৎয়েং-চায়েং, মচাশিংগী লাইরিক-লাইশু তম্বগী হোৎনবদা ব্বারক্লে। মসিদগী ফৌ তাইথোক্তুনা অব্রাৎপা মেন্নবা হোৎনরকই। মসিগী মহৈনা চহি অমা চাবা হেক-হেক কোন্নরম্বদু থা অনী-অহুমদি মীরম চেংনা মহুৎ শিনবা হৌবকই।

চাওভলগী নুপী কৈন্যাসু চপ-চাবী মৈতৈ নুপী অমগী শক্তম লাংদুনা লাকখিবনি। মপুবোইবনা কোইনা চত্তুনা মীগী য়ুম-কৈ শাবা চৎখিবদা ইমুংগী থবক-ইনখাং মচানুপী অহলদা শিন্নরম্নগা কৈথেল কাই। খ্বাইরমবন্দ কৈথেলদগী মখোয় কৈথেলদা ফংদবা মনা-মশিং কয়া তেকউরগা য়োল্লিবনি। ইমুংগী যেনশাং নাপী অয়াম্বা ফৈগাক-ফৈনা পুবকপগী মথক্তা ইমুংগী অব্রাৎ-অপা মেনখৎতুনা লাকইবনি। হৌজিক্তি মপাঙ্গল হল্লক্লে। ঙাইহাক্তা তুমিন্না লৈবা হৈনজদবী ওইবগা কৈথেল চৎপগী নিশা অমা চুখিবগা হৌজিকসু কৈথেলদা অদুমক চৎলি। খেৎনরিবদি মহৌশাগুম মনা-মশিং য়াম্না যোন্দ্রে। কৈথেল লেপত্রি হায়বদমক ঙাইশিল্লক্লে।

চাওভলগী মচাশিং চাওবক্লে হায়দুনা শেল থোক্লবা থবক হেক চংলুবা য়াবা মতাংসু ওইদ্রি। লাইরিক তম্বগা শেল থোক্লবা থবক শুবা চৎপগা নকশিন্নবা খরা ব্বানা থোকই। ইমুং-মনুংদা শুনোম্বা য়াবা থবক ইনখাংসু লৈতে। ফরক অমা তাদুনা লৈ। মচানুপা অহল মনি সরকারগী থবক থিরি, ফংদ্রি। সরকারগী থবক নত্রবসু পাঙ্গলনা শুবা য়াবা থবক্তি কয়া থিদে। মপাঙ্গলনা শুবা থবকপু থাক হম্বনা য়েংই। মপানসু য়াদে লাইরিক ব্বাংনা তম্মুরগা করম্না সরকারগী

থবক তৌদনা ইরাই লাইনা হেক্তা চোংশিন্দুনা পাঙ্গলগী ওইবা থবক শুরুগদৌরিবনো ? ৱাফম অসি তোইনা মপানা হায়। সরকারগী থবক মচা মশুশিং তান্নবা ওইরবদি নহালনা ওইরম্লগদবনি। মদুসু মপানা পামদে। মচাশিংবু করম্না মশুং মমান্নবশিংগী পাখোল্লোই ওইহনগদৌরিবনো হেক্তা হায়। হৌজিক্কী মতম অসি লাইরিক হৈবখক্তনা য়াদ্রবা মতমনি হায়বসি হেক-হেক কাউথোকপগুম তৌই। সার্টিফিকেটকী মথক্তা শেল মপুন অমা, মদুসু অচৌবা সঙ্গ কয়া লৈত্রবদি অরাইবা ওইদ্রি। অদুনা মপানা পামদ্রবসু মচাশিংনা তৌনিংবা থবক কয়া লৈরবসু শেল থুমগী মতাংদা হেক-হেক পন্দুনা তোকই।

মচাশিংসু নোংমা নোংমগী মপুং মরৈ ফারক্লিবনি। মখোয়বু অঙাং ওইদুনা লৈয়ু হাযবসু য়াবা নত্তে। মমান্নবশিং অয়াম্বা মমৌ ফংনদুনা নুংশিরবা মশুগী কুম্মৈ য়েংনখ্রে। মচানুপীশিংনা মখুৎনা শাজবা খুদৈ চৈরাওবা কয়াদা থিল্লক্তুনা শেৎনখ্রে। মচাশিংবু চাওভলনা থিংলুবসু য়াদা ইনশিনবসু য়াদবা মতাং ওইনা তৌরি।

হস্তক-মরক্তি চাওভলনা মচাশিংবু মতম চানা য়ুমদা হনজিল্লক্তে হাযনা তক্তনা ঙাংলকই। মতমসি মী ফৎত্রে। থেংনা মপান্দা লৈরগা ফত্ত-নুংদা থোক্লবনি। খোংনাং মখোংদা, কৈথেলদা ফমগদৌবগী শরুক ইমুংদা লৈয়ু হাযনা ঙাংই। তৌদবা য়াদবদগী লাইরিক লাইশু তম্বগী শেৎন-চানবগী হোৎনবদা মীগী শেলনা আ যৌখ্রে । মসিদা নখোয়না ফমদুনা লৈরিবা করিনো হায়।

মপানা ঙাংলিবা অদু তানিংদদুনা মচাশিং লৈথোক্লদুনা চৎনখ্রে। মপানদি মখা তানা ঙাংহৌরি।

- লাইরিক তম্বা য়াবা তম্লে। হৌজিকপু করি অমুক তৌদুনা লৈখিগদৌরিবনো ?

ক্লাস টুয়েলভ তম্বী চান্দিদি মপানা ঙাংখিবদু তাহৌদ্রমাল্লে। মপাগী মনাক্তা চংলক্তুনা পৈশা পীয়ু হায়না ঙংলরি।

- পাবা, ফুরিৎ অমত্তা লৈনবা লুপা চানীদা পীয়ু।

- ইপাদি কদাইদগী পৈশা লৌরুগদগে ইবেম্মা।

- খঙদে কৈশু, ঐগী চানী পীদা য়ারোই হায়রিসিনি। মীগী মচানা ফজ-ফজবা পংলিত্তা লিংলি। ঐদি স্কুল য়ুনিফোর্মসিদগী হেন্না চৎথোক-খোতোকপদা লিৎনবা অমত্তা লৈত্রবনি।

- হোয়নে, হোয়নে, ইচাগীবু লৈদে হায়বরা। হোরেল নমা লাকঅগা হায়গে।

- ঐখোয় স্কুলগী খরা লৈরগা মোরেদা এক্সকরসন চৎকনি। মদুদা ঐসু চৎকদোইনি। মী মাংজৌননা হায়জরিসিনিকো। ঐগীদি পীদা য়ারোইদোইনি।

নুমিৎতুগী নুমিদাংদি চাওভলগী ইমুংদু মী শুনা লৈরম্মী। চাক চানা-চানা চাওভলনা মাগী নুপীদা মচাগী ফুবিৎ লৈনবগী ব্রা হৌদোবকই। কৈন্যানা হায়রকই।

- ঐঙোন্দদি কদাইদগী পৈশা ? মোয় পাবনা খরা হেক পীবিয়ু। কৈথেল চৎলিনেনা তৌরিসি নোংমা নোংমগী শেলেপ মাঙশিল্লক্লবনি। ইমুংগী থাউ-থুম হোৎনবদা।

চান্দি মমানা হায়রিবদু তারগা হাযবকই, - নোয় অদু অদাগা খঙদে। ঐগীদি লৈদা য়ারোইদোইনি। ইচেহোইদি লম লাপ্না কোলেজ চৎপনেনা ফজ-ফজবা লৈবীরগা।

মশা শোক্লকপদুদা মচে কোলেজ কাবীদুনা তাপ ওক্লকই,-খঙবীরেহে, সিদি ঐনা ঙাইহাক শংবদা ফি ব্রানা শাবগা লৈজবনি । নংসু নংনা থোকপা হোৎনজৌদনা।

মমানা মচা চান্দিবু পৈশা লৈবগা লৈবীগনি হায়দুনা থেমজিল্লি। মচা অতোনবসু কদোমদগীনো দাবী অমা তৌরকই।

- ঐগীসু খোংগাও জিন অমত্তংদি লৈবীবা যারে। সিমত্তং তরক-তরক শেৎপসি খুউগসি তৎখিবদগী উনশানা মহুৎ শিল্লক্লবনি।

মচাগী ৱাদু তারগা চাওভলনা হায়রকই, - য়ারিবমখৈ অরৈবদু শেৎ-চাদুনা খাংঙু ইচাশা। ইপানা পাঙ্গল ফরিঙৈ থবক কন্না শু-নোম্বা ঙমলিঙৈদদি ফরম্মী। হৌজিক্তি ইমুংগী খরচ ময়াম হুনবা ঙম্লবা হোৎনবদা মীগী শেলনা খ্বাং কোয়বা হায়বদু য়ৌরবনি। হৌজিক্তি নখোয় চাওরে। লাইরিক-লাইশু হায়বসু লোয়না ইবা- পাবা ঙম্লরে। ইমুংগী অৱাৎ-অপাসি নখোয়সু মেনখৎনবা হোৎনবা য়ারবনি। হৌজিক ফাওবা দাবী তানবা ঙাক্তা, করম্না পূবা ঙমগদৌরিবনো ?

জিবনসু ঙাংনরিবদু য়াওশিন্দুনা ৱারৌরপ তৌনা হায়রকই।

- ঐখোয় ইমুংগী শোম্হোকসিগা থবক অচৌবা তান্নবদা ৱাগনি হায়বসি নহান্না উরবনি। থবক মচা অমত্তং তৌনবা হোৎরম্লবদি নহান্না ফংদুনা অসি-য়ৌনা ৱারমলোই।

মপানা শাওবপ্লা হায়রকই, - অদুবু হৌজিক কৈদৌসি হায়রিবনো ?

- খুদোংচাবা খরদি নাম্হোকখ্রে । হৌজিকতি অফংবা অমা তৌনবা হোৎনবা তাবনি।

ঙশাইমখৈ তাবগী শরুক্তা ওইরম্বা মনিনা হায়রকই,- সরকারগী থবক্তা, প্রাইভেটলা অমা হেক্তা ফংনবা নখোয় নখোয়না থোকপা য়েংবা হৌরো। ঐগীদি প্রাইভেট স্কুল অমদা চংনবা ঙাংনরবনি।

জিবননা হায়রকই,-লনাই বেঙ্ক অমগী থবক কৌরি। বেঙ্ক অদুগী মেনেজর অদুসু ইমান্নবনি। থবক মচা অম ত্তংদি ফংহৌনবা হোৎনরনি। খুদোংচাবা ফংলগা অতৈ থবক অমুক য়েংবা য়াই। হৌজিক অচৌবা থবক ঙাইবগী মতম নৎত্রে।

শন্তোলাসু পেন্দবগা লোইননা মশাগী মত ফোংদোক্লকই,- ঐখোয় হৌজিক তম্বা য়াবা তম্লে। মসিসু মীদৌনা লাইরিক লাইশু মতিক চানা লৈবা ঙম্বসু নত্তে। তশেংনা হায়রবদি অৱাৎপগী অৱাৎপা ঙাক্তনি। মীনা তৌনৈ হায়দুনা মান্নবা তৌবদুদি থাদোক্লসি। ঙমগদৌবা খরা তম্লগা হিংনবা লম্বী য়েংবনা ফরে।

চাওভল মচাশিংনা ঙাংনরিবদু তাই। মচাশিংবু য়ামদ্রবদা বি:এ: পাস তৌহন্নিংই। ওন্নবদি এম: এ: ফাওবা তমহন্নিংইবনি। হৌজিক ফাওবা মচাশিংবু থবক মচা-মশু তৌহন্নিংদ্রি। মচাশিংগী দাবীসু মহাক্লা পীবা ওন্নরোই অমরোমদা মীগী শেন্দোননা অসুম-অসুম ৱাংখৎলক্লি। মচাশিং অসিনা অপাম-অপাম্বা লম্বীদা চৎখিবদা পাঙ্গল থোক্লা থিংবা ওম্বগী থৌনা য়াওরক্লে। মমৈদা হায়রকই,-নখোয় নশা-নশানা নশাগী লম্বী য়েংজরো। ইপানা হায়বা ওম্বা হায়ববু মসিতনি।

সেপ্টেম্বর, তরাতরুক, ২০০০

................

# লল্লোনবী

নুমিৎ অদু নোংজুথাগী নোংমনি। ঙরাং নোং হাংখি হায়দুনা ঙসিসু হাংগনি হায়বগী তম্বা ঙমদবা মতমনি। মনিপুর য়ুনিভরসিটি চৎপা মতমদা ঐ ছাটিন কয়া থাগন্দে। মিনি বসন্তগী থোং অহনবীদা কুমথবা মতম অদুদা কৌব্রু মাইকৈরোমদগী নোং মমনা লাকপা উই। নোং খোংবগী মখোলসু তাই। মনিপুরী ডিপার্টমেন্ট ফাওবসি ফনা য়াম্না শাংবা লম্বীনি। মসি নুংতিগী চৎতুনা লাক্লি।

ইখঙ খঙহৌদনা নোং কন্না চুরকপগী মখোল লাপ্তুক্লা তারকই। তুং লৈখোক্কুনা যেংথোক্লুবদা ঐনা তোংলকপা মিনি বসতগী কোন্না কুমথহৌবী ছাত্রি অমসু ইপা পাখৎনা তুংদা হন্না-হন্না য়েংদুনা কলপ্লা লাকপা উই। মতৌ অদু ছাটিন য়াওদবগী মওংনি। খঙনদ্রবসু খরা তপথনা ঐ ঙাইনা-ঙাইনা চৎলি। নকশিল্লক্লবা মতমদা হায়রুই, - ছাটিন য়াওরক্ত্রব্রা ? লাকও মসিদা খরা খাংমিন্নবা য়াব্রা য়েংসি।

নুপী অদু খুমদে। নোংদি হায়না-হায়না য়ৌশিল্লক্লে। করিমত্তা হায়দ্রবসু মহাক ঐগী ওইদা চংশিল্লক্কুনা চৎমিন্নরে। ছাটিন অমত্তগী মখাদা য়াম্না খঙন-চান্নবগুম, অদুগা চেনগুম-লাক্কুম তৌনা চৎমিন্নরে। মহাক খরা ইকাই থীনা উই। ঐনা কোইনদনবা ব্রা মখা তাশিল্লি, - নোংনবু কন্না চুরক্লবদি ছাটিন ফাওবা ইকান-কান্নদে।

- উম।

খুউগী মখা মখৈ চোৎপা হৌরক্লে। ঙাইহাক তুমিন লৈরুরবা মতুংদা ঐনা মহাক্কী মরমদা খঙনিংদুনা হংলুই,

- অদোম করি ডিপার্টমেন্টতা তম্বগে ?

- পোলিটিকেল সাইন্স।

- ফাইনেল্লা ?

- মানি।

- ঐসু ফাইনেলনি।

- করি লমদগীনো ?

- ঙসাই কাখৎলকপদু উহৌদরা ?

- ঐ খঙহৌদে।

- ফুরা মখোংদগীনি।

- মিং করি কৌবগে ?

- নখোয় ক্লাসকী মেমীদা হংউ।

মশাগী মমিং মশানা হায়নিংদবা অদুবু খঙনবগী লংজিল অমদি পীরি।অদুনা ঐ মখা তারুদ্রে। অসুম্না লাকপনা এ: ব্লোক মপা য়ৌরক্লে। এ: ব্লোক্তা ঙাইহাক পনবনা চোৎপা খরা ফনি খন্দুনা হায়রুই। মহাক্তি য়ানি হায়দুনা চেনখ্রে। মুসুগী ওফিসকী মমাংদা লৈবা সাইকল সেট তান্না চেন্দুনা নোং থুপখ্রে। ক্লাসতা মেমীদা হংবদগী মহাক্কী মমিং থোইবী কৌই হায়বা খঙলে। থোইবীগী মরমদা য়াম্না খল্লুবদি নত্তে । মমিং অদুতংদি খঙনিংখিবনি।

নোংমা কান্টিন্দা চংলুবদা থোইবী মমান্নবী অমগা ফমদুনা লৈরম্মী। ঐসু অরবিন্দগা চংলুবনি। অরবিন্দগা থোইবীগী মমান্নবী অদুগা খঙনরম্মী। পুন্না ফমমিন্নদুনা অচা-অথক খরা চারবা মতুংদা থোইবীগী মমান্নবী গীতানা নোংমা সিনেমা নুংঙাইবা অমা য়েংবা পুবিয়ু হায়না হৌদোরকই। অরবিন্দ ইবান্নিনা চপ মান্ননা য়েংহন্দদি কৈনো হায়দুনা খুমখি।

থা খবগী মতুংদা অববিন্দনা নোংমা গীতাগী নুংঙাইতবা পাউ অমা তম্লকখি।

- গীতা মখোযগী খুনগী নুপা অমদা চেল্লুবে। খুদক্তা ফাদোক্লদুনা লুহোংনবা হাযদুনা থম্বনি।

- অদুদা কৈদৌববা ?

- নুপাদু নুপী অমা অমুক চেল্লক্লে হায।

ঐ খবা ঙক্লা থোকখি। নুপীবু শান্নপোৎকুম খনবা মতৌ অদুদা নুংঙাইতবসু পোকখি। ঐনা হায্যখি,

- মদুবু হেক্তা যাববনে।

- যাকা যাদবা থবক ওইনা উৎলবেদনা ?

- গীতাহোইগী নাকলদগী কবিত্তা হাযদ্রা ?

ইজ্জৎকী দাবী ওইনা লুপা লাখ অমা তৌনবদগী মবিফুদা যান্নবে হায।

- অঙকপা নি মাওইবা। নংগী অনৌবা-অনৌবা পাউ তাবা লোইদ্রি।

কালেন ছুটি মনুংদান। ইথা থাজদনা অর্ববিন্দ ঐনা অযুক চাক তোল্লকপগী অদুদা লাকাখ। লাইর্বোবিদা চৎতুনা ঠেসিস খবা পার্কাস হাযদুনা লাকই। গীতাসু থোইবীগা লোযননা লাইর্বোবিদা লাকপদগী থেংনৈ। নহালমখৈ থোইনবু যেংশিল্লুদে মখোয অনী শাথিনা ফজবম্মী ঙসিদি। থোইবীনা খবা ইকাই থিনা উই। গীতানা মিৎযেং নাযেংদা ইবাং পুনা উই। মহাক্কী মিযেং-নাযেংদা ইশাসি ইথক থকই ঙসিদি। গীতানা ঐবু অসুম্না অমুক্তা যেংলক্ত্রি। মাদনা যেংলববা হাযবসু ঐসু মাবু যেংলুবি। গীতা ইচম চম্না অববিন্দগা খঙনবদগী ঐগসু খঙনবকপনি। মহাক্কী নুংঙাইতবা থৌদোক অদুনা মাগী মফমদা হেন্না মীনুংশি পোক্তুনা লাকপনি। মুন্না যেংশিল্লুবদা উবে, কুলৈ কুচুদা চুংফিবান চানা নীংথিববী মাইথোং, থম্মোইদা পালহনবা মাগী মিৎযেং, ইশা খঙহন্দনা ঐবুসু মোমোনহল্লিবা মাগী নোকমিবা চিনবান, অপাম-মিহৌ পোকহল্লিবা মাগী শবান।

অমরোমদা থোইবীসু গীতাগী ফজবদগী তাবা নত্তে। মহাক তথক-তথকপী শক্তি অমোমগুম্বীনি। ইকাই থিবনা মিৎচান্নবা ঙমজদ্রবীনি। লম্বীদা থেংনদুনা কৌনবদগী ঝা-মখা তাবা নংনদ্রিঙৈদা লাইবেরি য়ৌশিল্লক্লে। ঠেসিস পাবদা ঐ পুক্লিং লুপশিনবা ইঙম ঙমদে। গীতাগী মোমোন নোকপা মায়থোং উদুনতা লৈরে। ঠেসিস পাবদা ঝাবা শাদুনা অকোইবদা য়েংথোক্লুই। গীতানা য়েংদুনা লৈরম্মী। অসুম তৌদুনা গীতাগী ঝাখলদা হৌখ্রে।

নুমিদাং গীতাহোয়গী ফোন নম্বর ডাইরিদা ইখিবদু ফাক্লুনা ওৎলুই। থম্মোই অসি ইরাং লাংখি। গীতানা পাইখৎলকখি অদুগা ঐবু ইবাই লায়না খঙবগুম হংলকখি - শন্তোস নৎত্রা ?

- মানি। ঝা অমা হায়গে।

- করিনো ?

- গীতা, আই লব ইউ। দু ইউ লব মি ?

- অশেংবগীরা ? ঐসু নংবু নুংশি।

ঐ হরাওবনা লাউখি। ইমানা করিনো ঙাওববা হায়না চংলক্লুনা হংলখি।

মতুংদা ঐখোয অনী লৌকোই পাৎতা , লাঙ্গোল গেমস ভিলেজদা, খুমন লম্পাক্তা, মোইরাংনচিংবা মফম কয়াদা কোযবা চৎমিন্নখি।

নুমিদাংঝাইবম অমা অরবিন্দ নোংথাংগুম ঐগী কাদা শৎ ফাওজিল্লকখি। মথা শাবগী মওং উৎলদুনা হায়রকই।

- ভাই, অরুবা ঝা অমা লৈবে। ঐ শাথিনা নুংঙাইতে।

- করি তৌবে ভাই ?

- মেম্মী অমদি ঐগী মরী নহাক্লা খঙলিদুনি।

- মেম্মী কৈদৌরগে ?

ঐনা মরক থৎনা হংই।

- মহাক নুপা অমগসু মরী লৈনরে ।

- এ ! মহাকসু ...।

- নহাল লম্বীদা নুপা অমগী মোটোর সাইকলদা তোংদুনা চৎখি। ঐনা মখোয় মনাক্কী পান দুকান ফম্বী ইতৈমদা হংলুবদা নুপা অদুগা খঙনবা থা অনীরোম ফারে হায়।

- মেমীগবু অমুক উন্নরুরব্রা ?

- অদুদগীনিনে মথা শারিবসে।

- মানা করি হায়রিনো ?

- ঐ তশেংনা কি, মাগী ব্রাহৈদু। ঐ ইতৈমগী পাউদুদা নুংঙাইমন্দদুনা মেমী পবপ পরপ উনরুবনি। মহাক্না হায়ববু ঐ নহাক্না কায়নবা ঙম্লোই, মহাক্কসু ঙম্লোই। মদুদা ঐনা নুপী অমনা করম্না নুপা অনীগা অমত্তসু কায়নদনা লৈবা যাব্রা ? নং ঐগী শাংলবা নুংশি মরীসি খরদি খন্থবনা চুম্মী। মদুদা মেমীনা হায়রকখি, ঐ নংবুসু নুংশি, মহাকপুসু নুংশি। ঐবু হেন্না নুংশিবা অদুগা থুংনগনি। ঐবু নুংশিদবা অদুনা লাপথোকচখিনি। মেমীগী ব্রাফমসি খরা হেমনদ্রা ? হায়য়ু ভাই, করিনো ঐনা তৌগদবা ?

- ভাই, নংগী ব্রাসি তাবদা ঐ হায়ফম খঙদনা খোইদৌ শাউগৎলি। কবিগুম্বা মেমীগা নখোয় অনী মথা তানা মরী লৈনরবসু মেমীনা খুদোংচাবা যেংদুনা অমদা হেক্তা মায ওর্নাশিনখিবা য়াই।

- মদু ঐঙোন্দা ওইবোই। অহেনবা থিদুনা অমদুগা মরী লৈনরিবনি। নাকোইননা মহাক্কী মতৌদুনা মঙোন্দগী লাপথোক্লবা হায়বিবনি।

- অদুগা নংবুনা মহাকপু নুংশিদদুনা লৈথোকখিবা তাহনবা।

- মদুনিনে।

- ভাই, মসিসু অনৌবা অমনিহে !

- ভাই, ঐ তশেংনা তৌফম খঙদে।

ঙাইহাক লৈবগা ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্লুনা হায়-

- ভাই, নংসু চেকশিল্লু। নহান্দু গীতানা ঈশিং শোকপা চৎপদা নুপা অনীনা

ইন্নহৌই হায়না ঐখোয় ইবেম্মনা তম্মী। হৌজিক্কানগী নুপীশিংসি অমত্তা থাজনীংঙাই ওইবমদ্রে।

- হেবা নংসু ফত্তবা পংখন খনজিল্লনু। ঐখোয়সু লমখাংদা থেংনবা নুপীদা ঙাইহাক মতম লেন্দুনা ব্রাবি শাবিবদুদি।

- ফৈ, ফৈ।

গীতাগা লৌকোই পাৎতা কোইমিন্নরুবা নুমিৎ অমা মতাংনা যাদদুনা চেনবদা তাবে। ঐগী হেবো হোন্ডা সডক তাবকপদা বেবা তৌবক্লে। কিলোমিটব খবা খোংনা ইন্দুনা লাক্লে। মমৈদা ব্রার্কসোপ অমদা শেম্মীগৈ তাঞ্জা অদুদা হোটেল অমদা চা থকপা চংলুই। থোবকপদা মল্লি মল্লি তৌবল্লে। থেংলক্লবা অদুদদি লাইবক্লা তল্লবনি খন্দুনা ইমান্নবা অমগীদা থৌজিল্লে। পুন্সিগী অনৌবা পন্দুপ অমা হৌবে।

অববিন্দ লাক্কুন' ঐগী কাদা ফমদুনা ব্রাবি-বাত্তাই শান্নবি। ঙসি লুপ্রোংবগী নুমিৎ লেপ্লবা পাবুংহোয় চৎখিবনি। হল্লকপগী মতর্মদি যৌবক্লে। পাউ তানংনা খৌবাংই। থোংগালেলোমদগী পাবুংহোয় মরুতি কাবদা হার্যজল্লকপা উই। কুমথবগা যৌ যৌ তৌবা খোঞ্জেল তাই। কবিনো হবা ওবদি নত্তমালে খল্লি অববিন্দ থুনা থোর্কখি। ঐদি ইকাইদুন' থোক্লুদ্রে। অর্ববিন্দ থুনা চংলক্তুনা হায়বৈ,

- ভাই, লেম্ন' তোক্লোইদবনি ইজ্জৎকী দাবী তানগদর্বনি।

ঐনা ইপা পাখৎনা হংলুই।

- ক- কবি তৌবে ভাই ?

- গীতা হায়বী লমচৎ নাইদবীদো চেনখ্রেয়ে।

ঐ শ্বাই লাওই। কোকচাওবী কাখি। কবিগী মহাক্লা অদুক যাম্না তর্মাথবী ওইবক্লিবনো ? অববিন্দনা মখা তাবকই,

- ঐনা হায়বদুনি, হৌজিক্কালগী নুপীশিংসি অমত্তা থাজনিংঙাই ওইবমদ্রে হায়দুনা।

ঐ কবিমত্তা খুমদে। পাবুং অমদি কাকা চংলকই। পাবুংনা ঐবু থেমজিল্লে।

- ইচাগী লাইবক্তা তম্লম্বননি। করিসু খল্লুনু মঙোল্দগী হেনবী নুপী অমা মমাংদা লুহোংথোক্কদবনি।

অরবিন্দনা মখা তারকই- পাবুং য়াম্না থুনা হোংগদবনি। নুপী অফবা অমা থিনবা তৌসি।

কাকানা- হৌজিক ইজ্জৎকী দাবী ওইনা লুপা লাখ অমদগী তাদনা লৌগদবনি।

পাবুং- ইপাদি তুমিন্না লৈবা পামদে। পৈশা পাম্লুবগী ৱাদি নত্তে। মখোয়বু খরা ৱাহন্দনদি তোকপা পামদে।

কাকা - ঙসি পুলিস পুরগা লাক্কনি হায়রম্বনি, পৈশা থৌরাং তৌরম্লবা। লুপা লাখ অমদগী তাবা শুকয়া য়ারোই।

পাবুং- দন্দি ওইনা, ইচাগী ইজ্জৎকী দাবী ওইনা নংগী কাকানা হায়রিবসিমক লৌগদবনি।

অরবিন্দসু লৌগদবনি হায়না মতেং পাংশিল্লকই। ঐসু পাবুংখোইগী অপাম্বদা অয়াবা পীথোকখ্রে। শাওনিংবা লমন খুম্লিংবা অমসু য়াওরি। ঐনা মাগীদমক্তা খনখিবা অদুগা মানা তৌথোরক্লিবা অসিগা কয়াদা খেন্নরবা ? ইমাদি কপ্পুরমাল্লে। মপী তৈথোক্কুনা চংলকই। অদুগা লমন খুম্লিংবগী ঈহুল অমগা লোয়ননা অরবিন্দদা হায়,- ইবুংঙো অরবিন্দ, নুপী অফবা অমত্তা থিসি। কদাই কদাইদা নখোয়না খঙবা লৈ ? ইমাহোয় চৎলগা হেক্তা হায়রুগে।

- ইমা, ৱারুনুদা ঐনা থোকপা ফনবা শিল্লক্কে।

- শিল্লকপা অমুক ঙাইঙমদ্রবনি। থবক ওইনা উৎলবদুনি পাম্লিবা।

খরা খম্থবগী মতৌ উৎলদুনা অরবিন্দনা,

- ইমা, মমান্নবী অমদি লৈ। য়াম্না চম্বজাৎনি। য়াম্নসু ইং-তপ্পী।

মমান্নবী হায়বা ৱাহৈদু তাবমক্তদা থোইবীনা ইমাংদা লেপ্লবগুম ইমিৎতা উরকই।

ইমা- মদু তৌদদুনা খৎ-খৎ লাউবী অমা থিরুদুনা হৌজিক্তি করা শারেসে।

ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা অরবিন্দনা হায়রকই,

-ভাই, মঙোন্দগী হেন্না ফবা অমা ফংলবোই। থোইবী, থোইবী ওইনা হোৎনরসি।

ইমানা হেন্না খঙনীংনা মখা তারকই।

- থোইবী হায়সিনা কনানো ?

- ইমা শন্তোসকসু খঙনবনি। লাইরিক ফবসু মানা হেল্লিবনি।

নোংমা, নোংজুথাগী নুমিৎ অমা থোইবীগা থেংনখিবা, মাগী ইকাই থিগনবী, ইং-তপচবী, মতৌশিংদো ইমিত্তা শং-শং উরকই। ঐনা অরবিন্দা ফোঙদোক্লুই।

- ভাই, মাগীসু খঙনবা লৈরমগনি। করম্না হেক্তা তরাইনা মায় ঙাকপীয়ু হায়গদবনো ?

ঐনা অরবিন্দগী ব্রাফম য়ানিংবগী ঈঙ্গিৎ হায়ফেৎ উৎলুবদা ইমানা হায়রকই,

-এ! অসি য়ৌববদি ইমাখোয় চৎত্তুনা মখোং কোন্দুনা হাযজরুদৌরিনি। লুহোংবা শোয়দ্রে, নুংঙাইরে।

ইমাদি হরাওরদুনা থোকপ্রে। অরবিন্দনা মখা তারকই,

- থোইবী, নুপা অমত্তগা মরী লৈনবা উদে। নোংমতা গীতাহোয়দৌনা ইবাং তৌবসু উদে। লাংবসু কয়া য়াওদে। মাগী কনাসু লৈরম্লোই। ভাই, ঐ হেক্তা হাযনকবগে।

- মদুসু খন্নসি। গীতাবু কৈদৌঙৈ চেনখিবনো ? ঙরাংলা ?

- হোয়নে, ঙরাং চেনখ্রিনিনে। পাবুংহোয় মখোয়দা থুংবা মতমদা থোঙ্গালদগী অহল অমনা করম্বা নুপা ময়ুমগীনো হায়দুনা হেক্তা হৌরক্লবনিনে। গীতাদু চেনপ্রে হায়বা হেক খঙবদগী পাবুংখোয় শুকফম ফন্নমদনা ইজ্জৎকী দাবী তানগনি পৈশা থৌরাং তৌরো হায়রম্লগা লাকইবনিনে।

নুমিদাং ৱাইরম ককাহোয় চৎতুনা লুপা লিশিং হুমফুতরা পুদুনা লাক্লে।

তহ্-তহ্ তৌদুনা নোংঙানবগা অরবিন্দনা হায়মন্দুনা থোইবী উনবা চৎলি। নুমিৎ খরগী মতুংদা চৎপা পাম্বনি। অদুবু গীতানা ইকাইবা পীরম্বা অদুদা গীতাদগী হান্না লুহোংবা পামখি। লুরিবদি থোইবীগী ৱাদি খঙদ্রিবনি। অতৈ কনা-কনা লৈ হায়বগী ৱাফম অহল-লমনগী মাইকৈদগীসু য়েংদুনা খুৎ থেক্তুনা পাবা হৌরবনি।

নহালমখৈ ইচম চম্না তরাম-তরাম কৌনবা থোইবী উবমক্তদা ইশাসি নিংজিং মাংজিংনৈ। থোইবী হায়না শৎ হেক কৌগদবা হঙ্গোইরপ তৌই। ঐগী পাউদি অরবিন্দনা তমদুনা তারবনি। অৱাৎপা হায়ববু ঐনা মঙোন্দগী ভিক্ষা অমত্তং নীবা পাম্বসিদনি। অরুবা ৱারি অমা শান্নদবা য়াদে হায়দুনা অরবিন্দনা চুন্নতা খঙহনখিবতনি। মনাক য়ৌরবা অদুদি কৌরুই,

- থোইবী, কয়াম কুইরে য়ৌরকপা ?

- ঙাইহাক ওইরে।

- নহাক্কী নফমদগী করিগুম্বা অমত্তং নীবা পাম্মী। মসি নহাক্না পীবীগে হায়রবদি শোয়দনা পীবা ঙমগনি।

- ঐগুম্বী অমনা করি পীবা ঙমগদৌরিবনো ?

- নহাক ঐগী পাউদি লোয়না তারবা নৎত্রা ?

- তারে।

- নহাক ঐগীদমক্তা লেপ্পীবা ঙমগদ্রা ?

থোইবী ঙাইহাক অঙকপা অমগা লোয়নননা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকখি। ঐনা মখা তাখি।

- থোইবী নহাক্না ঐগী পুন্সিবু অমুক্তা কনবীয়ু। ঐবু ইকাইবদগী অমুক্তা কনবীয়ু। ঐ নংবু নুংশি।

ঐ তশেংনা পী ঈরা চেনখি। থোইবীসু মপী ঈরা চেন্দুনা ওনশিল্লকখি।

- করম্বা মতমদা যাহে অদু তাবা ফংগদবগে খন্দুনা ঙাইদুনা লাকখিবনি। ইকাই থিবী ওইবনা কোংঙমদনা লৈরকখিবনি।

মসি হায়দুনা থোইবীনা মুন্না য়েংলকখি। অদুগা খোইরুম মোমোন নোক্লকখি। ঐ হরাওবনা হায়ফম খঙখিদে।

- অশেংবগী থোইবী !

অসি হায়দুনা খঙহৌদনা থোইবীগী মখুৎ চেংনা পাইশিল্লুই। থোইবীনা মখা তারকখি,

- ঐগী পুন্সিদা নুপা অমখক থম্মোইদা পুজা তৌদুনা লাকখি। মদু নংনি।

- নংনা ঐবু নুংশিদুনা লাকখিবা ? ঐসু নংবু কয়ারক খনখি। অদুবু মঙফাওনদ্রিঙৈদা করোমদগীনো গীতানা ইমাংদা লেপ্লখি। নহাকপু কাউহনখি। ঙসিদি ইবানি পুল্লুরো হায়না নোংদম্বা মানা অমুক তম্বীররে। থোইবী, নহাক্তি ঐতগীনি।

থবক পন্থহনবা য়াদে হায়দুনা পাবুংহোয় লুপ্লেংনবা নুমিৎ লেপ্লবা চংলুরে। নুপী ময়ুমদা চংলুবগী মরি মাঙ্গোলদা পাবুংনা ইমাদা তন্বা তাই।

অসোমগী তৌঙন্বী নুপীদুদগী নুমিৎ মঙানি মমাংদা হোঙবা তারে। ইমৌ থোইবীহোয়গী খরা লৈজদবা মতৌদু উবদা ঐনা লুপা লীশিং হুমফুতরাদু পুন্না থীল্লকঅনি হায়রম্বনি।

ইমানা হায়- থীনগদবনি। চাউনা হোঙতোক্কনি। নুংশি লল্লোনবী অদুগী মমাংদা নুংশি লাইরেম্বী অমা ইমৌ ওইবা ফংলদবু।

ফেব্রুয়ারি, তরেৎ, ২০০৫

................

# ঈরৈলক্তা নোলিনী

দিল্লিগী প্রগতি মৈদানদনি। ইন্দিয়ান কলচরেল ফেষ্টিভেলদা শরুক য়ানবা ষ্টেট কয়াদগী টিম কয়া য়ৌরকপা হৌরক্লে। ফেষ্টিভেল অসিগা লোয়ননা মেলাসু তৌরি। লম লমগী কলচর তাকপা পোৎচৈ কয়াসু মরাং কায়না য়োল্লি। কলচরগী লমদা নোপ্তবা মনিপুরগী টিমসু য়ৌরক্লে। মসিদা নুপা অমসুং নুপী কয়ানা ফোক ডান্স, ক্লাসিকেল ডান্স, পুং চোলোম, থাং-তানচিংবা কয়া উৎনবা শরুক য়ারি। হান্না ঙাইদুনা লৈরম্লবা অখন্নবা গাড়ি অমদা রেলদগী কুমথরকপগা য়ৌরকপনি।

মনিপুরগী টিমদা য়াওরকপী মিস নোলিনীদি দিল্লিদা লাকপসি অনৌবা নত্তে। মহাক দিল্লি য়ুনিভর্সিটিগী এম:এ: ইংলিসনি। দিল্লি য়ৌরকপদা হৌখিবা খৌদোকশিং মরী-মরী নিংশিংলকই।

এম:এ: ফাইনেলগী পরিক্ষা লোইরকপা নুমিৎ কুন্নীরোম শুরকপদা নোলিনীগী মশা ফরবা মচানুপা অমা পোকখি। নোলিনীগী অহানবা ফংজবা মচানুপা অদু য়েংবা মপাদি লাকখিদে। তশেংবদি লাক্কদবনি। পাউ অমত্তং য়ৌখিবদা কোইচেন চেন্দুনা হোৎনরগদবনি অদুবু নোলিনীগী মমা-মপানা চংহনখিদে। মশক ফাওবা উৎলদনবা কিহনখি। নোলিনীবু ওপরেসন তৌগদ্রা হায়না মমানা পাখৎলম্বনি। লাইবক ফবদগী ওপরেসনদি তৌহৌদ্রে।অঙাং অদুদি মচা লৈজদবা মৈতৈ ইমুং অমদা শিন্নখ্রে।

দিল্লি য়ুনিভর্সিটিদা মহৈ তম্লবা নোলিনী অমদি রাকেশ লাকমিন্নবনি। মখোয় অনী কোয়মিন্নবা চামিন-থকমিন্নবদা অয়াম্বা থান্নদে। চৎনবীগী পন অমনা মখোয় অনীগী মরক্তা খারি। মসিবুসু মখোয়না থৌশানা খল্লক্তে। ফাজিল্লম্বা ষন্না থাদোরকপদা মনিং মখা তৌবগুম মখোয়সু মনিং তম্বদা অকিবা ফাওরক্তে। ব্রাহৈ অহুম্না শাবা 'নংবু ঐনা নুংশি' হায়বা ব্রাহৈ পরেং অসিমতংনা চৎনবীগী পল, ইকাইবগী পঞ্জাও পুম্নমক নমথেকপ্লগনি। মতম অদুদা নোলিনীগী মখুনগী, শাগৈগী মবুং অমদি নোলিনী অনীগী অনৌবা ইতিহাসকী ব্রারি অমা হৌরগনি।

নোংমা রাকেশ অমদি নোলিনী নুমিদাং পিকচর য়েংবা চৎলম্মী। হল্লকপা থেংগদবদু খন্দুনা হোষ্টেলগী ব্রার্ডেন্দা নোলিনীনা ফোন তৌদুনা খঙহনখি।

- মেডাম, ঙসি ইমান্নবীগী পীর্টি অমা লৈরে, ঐ খবা থেংলক্লনি।

- অহিং লেক্লক্কদবা নত্তরা ?

- খঙদে।

- অথেংবদা হল্লকপা ফরক তানি। নোংঙাল্লগা লাকউ।

- নোলিনীনা খল্লিঙৈদা ব্রার্ডেন্না ফোন থমখ্রে। দিল্লি যৌবক্লবদি মী খুদিংমক য়াংনা চৎপা, য়াংনা খনবা, যাংনা তৌবা তাই। অতপ্পা মী, অতনবা মী চন্নদে। নুমিৎ অদু নোলিনী বাকেশকী কাদা অহিং লেকখি। অনৌবা পুন্সিগী পন্দুপ অমা হৌখি। নুমিৎ অদুদগী চৎনবীগী ইকাইবগী পন পুম্নমক নমথেকখি।

ফাইনেল পরিক্ষা লোইবকপগা মহৈ-মহৈ মাগী মাগী যুমদা চৎনবা হৌরক্লে। নোলিনীদি মমা- মপাবু মনাক্তা লাক্লবা কৌরি। মহাক কন্না নাবে খুদক্তা য়ৌরক্তবা যাদে হায়না খঙহনখ্রে। লমদম তাম্না লৈখিবী মচাগী অব্রাবা পাউ তারগা করম্বা মমা মপানা লৈতানা লৈবা ঙমগদগে ? নোঙানবগা মমা-মপা অমদি মবুং অমা ফ্লাইটতা য়ৌরকখি। ডাক্তরনা হায়বা নুমিৎ ঙাইবা তাখি।

থৌদোকশিং অসি নীংশিংলুরগা নোলিনী নাতোন নাকচিদা হুমাং মরিক মরিক কারকই। খঙহৌদনা জগোই উৎনবা থৌরাং তৌনবা খঙহল্লকপদা ভাব তাবকখি। মনিপুরদগী লাকপী জগোই শাগদৌরিবী নুপীশিংগী মরক্তা নোলিনী

থোইদোক হেন্দোক্লা হৈ-শিংই। অঙাং ওইরিঙৈদগী মনিপুরী ডান্স কোলেজদা জগোই তমদুনা লাকখিবনি। জগোইগী লমদা থোইদোক্লা হৈ-শিংবগী স্কোলর্সিপসু ফংদুনা লাকখি। দিল্লিদা মহৈ তম্বা মতম খরদং জগোই লেপ্লুবতনি। এম:এ: পাস তৌরবা মতুংদা অমুক হন্না খুদোংচাবা ফংবদগী জগোইদা পুক্নিং লুপ্পা হৌরকখিবনি।

ষ্টেট কয়াগী জগোই মথং-মথং উৎপা হৌরক্লে। মনিপুরগী উৎকদবা মিকুপ খরদা ঙাইরে। ভরত মচাদা নত্তনা মপান্দগী লম কোইবা লাকপা মীওই কয়াসু কলচরেল ফেষ্টিভেল অসি য়েংনবা লাক্লি। নোলিনীনা থোইবী শাদুনা খন্বা থোইবী জগোই উৎপা হৌরে। মোং হাদবা ইং তপ্না শুমহৎনা ইংলবা মনিপুরী জগোই ওইবগী মথক্তা য়েংবগী মিৎফম হোংনিংদবী নোলিনীনা হৈশিংনা জগোই হৌবকই। খন্বা শারিবা অদুসু করিমত্তা নোপ্তে। অয়েংবা ভাবোক পুন্নমক চেক-মোক লাউনখিদ্রে। মপান্দগী লাকপা নুপা অমদি অহানবদা ফোটো খরা নল্লম্মী। মমৈদদি ফোটো নম্বগী ব্রাখল চংখিদ্রে। মিৎ কুপ্তুনা য়েংদুনা লৈখ্রে। জগোই লোইরকপদা খুরকখিবা খুবাক্কী মখোল ফনা কুইনা লোইশিল্লু য়াখিদে।

মনিপুরী টিমগী জগোই, থাং-তানচিংবা মখল কয়া উৎপা লোইরকপগা টিম অসিগা পাউমীশিংগা উনবগী থৌরম অমা লৈ। মনিপুরী জগোইগী তোপ তোপ্পা মওং, মনুংগী থিমশিং কুপ্না পাউমীশিংনা হংখি। ঙসাইগী নুপা অদুসু পাউমীশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক্না নোলিনীবু উনরবা মতুংদা কার্ট অমা পীরম্মী।

মনিপুরদগী লাকপা টিম উৎকদৌবা থৌরমশিং উৎপা লোইববনা অতৈনা উৎপশিং য়েংবা অমদি মেলাগী হাংলীবা ষ্টোলশিংদা চৎতুনা মার্কেটিং তৌবা, য়েংবগী থৌরমদা ঙাইরে। নোলিনী ফেষ্টিভেল তৌফমগী রেষ্টোরেন্ট অমদা মমান্নবী অমগা কোফি থক্লি। নাকল অমদগী খঙহৌদনা মীরৈবাক মচা পাউমী অদু হায়জিল্লক্তুনা মশক তাক্লে।

- হায়, নোলিনী - আই এম তোমসন, রিপোর্টর, ব্রাশিংটন নিউজ। মে আই সিট হিয়ার ?

নোলিনীনা য়ানি হায়বদগী ফমদুনা কোফি থক্লে। নোলিনীনা মমান্নবী শান্তিবু তোমসনদা মশক তাকই। নোলিনীদা ব্রাফম খরা হায়নিংই হায়বদগী শান্তি নাকল অমদা ফমখ্রে। তোমসননা হায়,

- ঐ নহাক্কা লুহোংবা পাম্মী।

- মদুবু হেক্তা ওইথোকপা য়াব্রা ?

- করিগী য়ারোই নহাক্লা নহাক্কী জাতিগী চৎনবীদা য়াম্না হকচিন্দ্রবদি।

- নহাক্কী মরমদা ঐ খঙবা পাম্মী।

তোমসন ব্রাশিংটন নিউজগী পাউমী অমা ওইনা ভারত্তা লাকপা নত্তে। মহাক তশেংবদি লমকোইবা ওইনা লাকপনি। মহাক মচলনুপী অমগা মমা-মপাগা মখোয় মরিতা লৈ। মখোয়গী চাউরবা ফার্ম অনী, চাউববা বেঙ্ক একাউন্ট লৈরি। অদুগী মথক্তা লাইরিক নিংথিনা হৈবা অমদি নোংচুপ্তা লৈদুনসু নুপা-নুপী অনীগী মরীবু লুনা তৌজবা পাম্না মীশক্লি। মহাক্কী মমা-মপাসু ভারতকী সংস্কৃতিবু মুন্না খঙবা মীওইশিংনি।

হৌজিক নোলিনীগী কোইতাউ তাউদুনা লৈরম্না ব্রাখলগী পলেপফম অমদি ফংবগুম খল্লে। ইম্ফালদা থুংলবা মতুং য়াম্না তোইনা নোলিনী মাগী মোবাইল পাইখৎপা তাখি। মরক-মরক্তা তোমসননা পাইখৎখি। মদুদা তোমসন হরাওবগী ওমখৈ লৈখিদে।

নোংমা নোলিনীগী মমানা মপুবোইবদা ব্রা হৌদোকই।

- ইবেম্মা নোলিনীসি দিল্লিদা জগোই উৎপা চৎপদা মীরৈবাক মচা অমগা খঙনৈ হায়নে। মহাক্নদি মদুগা লৈমিন্নবা পাম্মী হায়রি।

- মীরৈবাক মচা অদুদা করম্না ওইথোক্কদৌরিবনো ? মতুংদা অব্রা-অনা নংবদা ঈ-পাউ চৎথোক চৎশিন ফরক তাগনি।

- অসুক চাওখৎলসিদবু। ঙরাংদসু ফোন তৌরকই হায়।

- কবি হায়রকইবা ?

- খরা থুনা লুহোংবা পাম্মী হায়দনা।

- নুপাদুবু করম্বা মীদানো ?

- লাইরিক লাইশু হৈবা, লমচৎ ফজবা অফবা নুপামচা ওইরমাল্লে।

মমা-মপানা নোলিনীগীদমক ৱাদুনা লাকপনি, মহাকপু করম থোক্লগদগে হায়দুনা। হন্দক্কি মতাং অসিদদি মমা-মপানা নাম্থোকহনবা পামদ্রে।

গুৱাহাটিগী চর্চ অমদা নোলিনী লুহোংখ্রে। তোমসনগী মমা-মপা অমদি মচলসু লুহোংবদু য়াওখি। লুহোংবা লোইবগা বিদাই পীরমদুনা মখোয় পুম্নমক ফ্লাইটতা চৎখ্রে। নোলিনীগী মমা-মপা অমদি মবুং-মৌপ্পাশিংনা মিৎলুগী পিরাংগা লোয়ননা মখুৎ হায়হৌরি।

মরক-মরক্তা ফোন্দা ৱারি শান্নবদগী হেন্না নোলিনীগা মাগী ইমুং-মনুংগা শক উন্নখিদ্রে। অদুম ওইনমক মহাক নুংঙাইনা লৈরি তাবদা নোলিনীগী মমা-মপা অর্মদি মবুং-মৌপ্পাশিংনা নুংঙাইজৈ। মতমগী মতুং ইন্না নোলিনী মচানুপা অমগা মচানুপী অমগা ফংখ্রে।

চহি ১৫গী মতুংর্দনি। নোলিনী ৱাইটিং রুমদা মচানুপা থোইবা অমদি মচানুপী জেনিগা লোয়ননা টি:ভি:দা পিকচর য়েংলি। পিকচব লোয়বকপগী তাঞ্জাদা বি:বি:সি:গী পাউ থাগৎতুনা য়েংলুই। ৱার্ড ট্রেড সেন্টর থুগাইবগী পাউ উরকই। লালহৌবশিংনা এরোপ্লেন হায়জেক্ট তৌদুনা লাক্লগা ট্রেড সেন্টর অসিদা থেংজিন্দুনা থুগাইবনি। নোলিনী অমদি মচাশিং অঙকপা ওইনা থোকই। খঙহৌদনা টেলিফোল লাকই।

- নোলিনী, ঐ ট্রেড সেন্টরদগীনি।

ট্রেড সেন্টর পল্লকপদা নোলিনী শ্বাই লাউই। খঙহৌদনা হুমাং অনপ্পী কারকই।

তোমসননা মখা তারকই, - হৌজিক ট্রেড সেন্টর অসি এরোপ্লেন্না থেংজিন্দুনা কাইরে। ঐ মথোল য়াংখৈশুবদা লৈরি। থোকফমসু লৈতে। তপ্ন-তপ্না নীংখাইবা ...।

নোলিনী পাখৎপা অমদি অৱাবনা ফুনগৎতুনা ৱা অমত্তা ঙাংথোকপা ঙমদে। মহাক্কী মিৎমাংদা টি:ভি:দা ট্রেড সেন্টর অদু নীংখাইরকপা উরি। হৌজিক তোমসনগী পাউ মখা তানা লাকখিদ্রে। নোলিনী টেলিফোন উংদুনা য়েংই। পাউ ফাওনবা ঙমদে। নোলিনী মচা থোইবা অমদি জেনীবু চেংনা কোনশিল্লি। পি অবেপ্পা লৈতনা শিন্থরকই। তোমসনবু কৌবদুনা খোঞ্জেল থোক্লা তেংথাবকই।

মার্চ, ২০০৫

(দিল্লি)

...............

# টাঙ্গাৱালা

কাংচেক মচুগী নীংথিরবা শগোল অদু আশারামনা হেন্দ পম্পগী ঈশিং লৌর-লৌরদুনা ঈরুজবীরি। মশা অদু শিং-শিং নানবীদুনা কদাইদা করিদা অশোক-অপন য়াওবগে হায়বা য়েংলি। ঙসিদি শগোল অসি নে-না তানা অনৌবা শজিক মবুক থন্না চাবা ফংজরে। অকংবা শিকংনরবা চু মনা অককপা, তিংগোই অকংবা মী ঙাইনা ঙাইনা চারম্বদু অমত্তা উদ্রে। নহাল মখৈ মী ১৪/১৫ হাপ্লদুনা টাঙ্গা চিংলম্বনি। ঙসিদি মশা ৱাই-শংনা ইয়াং য়াংনা ঙন্না পোত্থাজবা ফংলে।

ঙসিদি শগোলশেল নুমিৎনি। চান্দপুরগী অয়াম্বা দুকান থোং লোল্লি। মীথোক-ৱাৎপনা, টাঙ্গা তোংবীনবা মী ইফং ফংদে। ঙশাই মখৈ মনশুরপুর য়ৌগদবা চোঙ্করি য়ৌগদবা মী ফংনবা কোইলাউ-লাউরম্বনি। চোকথরদুনা অফংবা মরি-মঙাগা লোয়ননা ঙন্না হল্লক্লে। হায়বা ইল্লবা শগোল অদুসু লেপ্পা নাইদনা কতক-কতক হায়বা খোংথাংগী তাম্থাগা লোয়ননা চৎলি। শরুদা উনশাতনা কুপ্লবা, চরাম-চদৎনবা মাল্লবা আশারাম নোংমতা খম্থরুদে মহাক কয়া য়াম্না অহল ওইরে হায়বা। হৌখিবা চহি অনী -অহুমসিদা খংহেন হেনজিল্লকই। মহাক্লা কয়াম কুইনা টাঙ্গা চৎপা ঙমখিগদগে ? মতমনা পুরক্কনি মাগীসু নোংমা পোত্থাবা মতম। মতমদুদা মহাক্লা চিঞাক হুল্লম্বা মহাক্কী ইমুংনা কমদৌবা ? মখল মথেল কয়া খল্লুরগা ঙসিদি মযুমদা ঙন্না হল্লক্লবনি।

আশাবাম বিবি মচৈ অহুম-মবি অমা লোইবগা অমা থক্লদুনা ফল্লি। মচানুপী অনী লুহোংখ্রে অমা ব্রাৎলি। লুহোংবা মতম চাববনি। অউনপোৎকী খন্দুনা লৈবিবনি। অমত্তং পোকচবা মচানুপা লংফৈদা পৈশা তানবা চৎখি। মপাউ তাদবা কুইবে। মশুনুপা চহি তবানিথোইদা ঙাইবিবা অমা যুমদা থল্লম্মী। সবকাবগী স্কুলদা তম্মী। পীক্লবা লৌ মচেৎ অমনা চাবগী মতেং ওইনবি। পোৎ-চৈগী মমলনা অসুম অসুম ব্রাংখৎলকই। মহাক্কী ইমুংদি চাওখৎলকপা ইঙম-ঙমদে।

নোং ঙাল্লে। বসন্তগী অনৌবা উনা মবক্তগী কৌবৌহনবা মাসু মোমোন নোকনা লেংথোবক্লে। চোঙ্গবি খুনগী উপাল অমদগী অমদা পাইব-পাইবদুনা কোকিলনা শৈশক তল্লি। যেংলু-যেংলুবা খুদিংদা পুক্লিং ইনৌ নৌবি। আশাবাম অনৌবা থৌনাগা লোযননা শগোলশঙদগী শগোল চিংথোবকই। টাঙ্গা অদু শগোলদা হুকচিন্দুনা চৎনবা শেম-শাবি। কবি গুম্বা অমা ব্রাৎপগুম ইমুংলোমদা যেংদুনা লেপ্লি। স্কুল মতম ওইবদুনা মশুনুপা মোহনসু খাউ পাইদুনা থোবকই। ক্লাস সিক্স কাবকপগী ঙসিদি মিং চনগদবনি। স্কুল চৎখিবদা টাঙ্গাদা চৎলগা স্কুল মপা যৌবগা হেক হেক কুমথহৌই। মশুনুপাদা আশাবামনা হাযবকই, - ইবুংঙো, মোহন ঙসিদি লাইবিক খাউ থল্লম্মো, চান্দপুব কোইকসি। মিং কোন্না চল্লসি।

মশুনুপাদু হবাও-হবাও লম কোইকদৌর্বান হাযদুনা লাইবিক খাউ থল্লম্লগা চেম্থোবক্লে। শগোল খুর্জি অদুগা শাজৈগা মোহনদা পাইহল্লি। মপুবোক্লা বিবি শাংনা চিংলি। হাযকবা লৈতনা মোহননা টাঙ্গা অদু থৌদোক্তুনা চৎখ্রে।

নোংমা মপুবোক যাওদনা মোহননা টাঙ্গা থৌবকই। সেন্দব্রাব যৌবকপদা নুপী অমা ঙাইদুনা লৈবম্মী। হান্ননা মী মপোৎ ফাববনি। থৈদোক-থৈজিন তৌদুনা ফমহন্নবা শিল্লি। নুপীশিংদি মহৌশানা মনিং অনেম্ববোমদগী কাবকই। নুপীদুনা মহাক্কী অনীশুবা মখোংদু হেক থাংগৎলকপগা টাঙ্গা অদু মমাং থাংগৎলক্তুনা মীযামদু চীংদোন্দগী নুং ওন্থবকপগুম ওন্থবকই। কযা-যাম্না লুমখ্রবা নুপীনো ? মীযামদু খবনা নোকই, খবনা শাওই। মোহনদি মযা অঙৌবদু উৎলদুনা হশি

শিনা নোকই। টাঙ্গা অদু অসুম থৌরকপদা মোহনগী মমান্নবা অমা থেংনৈ। মহাক্না লাউরদুনা হায়রকই,

- মোহন, লাইরিক তম্বা কারক্তবদি কৈদৌরে ?

মোহনসু তুং হাইফেৎ ওন্দুনা লাউরদুনা খুম্লম্মী,

- ইবুবোক টাঙ্গা চৎপা ঙমদ্রে।

মমান্নবা অদুনা মোহনবু মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই।

এপ্রিল, ২০০৫

(বিজনোর)

...............

# লুহোংবা লোইশিল্লে

সনজীব ওক্টোবব ছুটিগী মযুমদা লাকপদগী স্কুলদা চৎত্রি। মহাক মমা-মপানা লুহোংনবা থৌবাং তৌবি। অদুনা চৎতবনি। প্রিন্সিপালনদি অথুবা মতমদা লাক্লবা খঙহনখিবনি।

শ্রীসনজীব মবুক-মপাও ফবা মী ওইনি। ব্রাবি শাবদি যাম্না ফৈ। মী অমগা হেক্তা চুশিন্ননা ব্রাবি শাবা ঙম্মী। মীনা হাযবসু যাম্না লৌগল্লি। থবক অমত্তা মথন্তা তৌবা হৈজদবদৌনা ফাওবা তৌবা যাওবকই। মহাক্না ক্লাটব থংননা লৈবা পোলিটিকেল সাইন্সকী ওজা শ্যামনা হাযবিমখৈ লৌই। শ্যামনা সেনিযব মচা পাখং ফাবক্লবা, সনজীবনা নহা লুহোংদ্রিবনি। মখোয অনী মপা মচাদৌনা লোযনবা উই।

নোংমা শ্যামনা নৌনা আগ্রাদগী লাকপী হিষ্টবিগী মেডাম শিলাবু সনজীবকীদমক শেন্বীগে হাযখি। নুমিৎ অদুদগী সনজীব ফী-বোল শেৎতোক চাথোবকপদা অনৌ-অনৌবা শিনখি। মেসতা চাক চাবা চৎপদা দ্যুতি লৈত্রবসু ঙন্না চৎখি মেডামবু উবা ফংহৌনবা। শ্যামগী মচিন্দগী ওজা অমদগী অমদা মথং মথং সনজীব-শিলাগী ব্রাবি যৌখিবম্মী। মক ওইবা শিলাখক্তংদি পাউ ফংদ্রি।

নোংমা মেসতা লন্স চামিন্নবা মতমনি। হান্না ফমদুনা সনজীব ওজা খবগা চাবা হৌবম্মী। মেডাম শিলাসু নুপীমচাশিং চাবা লোইশিল্লকপগী অদুদা ফমদুনা চানবা তৌবম্মী।

মেডামনা থংনবা ওজা শ্যামদা হায়রম্মী, - সার প্লেট অমুক্তা লানবীরকউ।

শ্যামগী ওইদা লৈবা প্লেটনি, মেডামনা য়েংতনি। শ্যামগী ওইদা নবনীট অমদি সনজীব মথং মথং ফম্মি। শ্যামনা প্লেট পীবা নংদ্রিঙৈদা অরাপ্পদগী সনজীবনা মেডামদা প্লেট লানশিন্দুনা হায়-

- মেডাম, সে লৌবীয়ু।

- থাগৎচরি।

- সালাদ সিদা লৈরে।

মসি হায়দুনা সা লাদ লানশিল্লি। অসুম্না ইতৎ-তৎতনা মহাক্না তৌরকখি।

নুমিদাংৱাইরম অমা সনজীব মরু কোকথোক্তুনা বজারদগী হল্লকই। ঙক্তুনা নবনীটনা হংলুই,

- সার সনজীব, নক কোকথোকইদি কবিগীনো ?

- সার শ্যামনা হাযবদগী পুজা অমগী কোক্লিবনি।

- এ ! মানা হায়বদগী তৌরিবা ?

মরু কোকথোক্লবা মতুংদা ইকাই হায়দুনা টুপি অমা উপশিল্লি। টুপিগী মনিংদা মশাগী অহাংবা লৈবদগী কোক খরা উবদু উদনবা মচু মান্নবা ফি মচেৎ অমা তাইশিল্লি। মথং নোংঙাল্লগা অনোক অমুবা অমসু শ্যামনা হায়বদগী লৈরকই।

মনিপুবীশিংনা কোই কোকপা চৎনৈ। মফম অসিগী মীয়ামদি নাতোন শুমাংগী কোই খাকপা চৎনৈ। নোংমসু সনজীবজী মকোই শিৎ নান্না কোকথোক্তুনা লৈরমখি। অসুম্না ডিরেক্তর শ্যামগী মখাদা বেষ্ট এক্তর অমা ওইনবা সনজীবনা কন্না হোৎনদুনা লাকখিবনি।

রক্ষা বন্ধনগী নুমিৎতা ক্লাস সেভেন-আইটকী নুপী মচাশিংনা পুনখিবা রাক্ষীশিং অদু অঙকপা অমা ওইখি। য়ামদ্রবদা কিলোমখায় অমবোমদি ওইগনি।

ঙসি সনজীব নুপী য়েংবা শকথং-মাইখনবা চৎকদৌরি। কোট টাই তৌদুনা

নান্না হায়দোরকই। মপা ইবুংঙো শন্তোস অমদি মমা ইবেম্মা রাশিসু অরৈবমখে কেদুনা লাকই। মেডামগী ব্রাফমদি লাপ্না থল্লমলে। তশেংবদি হৌদোক্লবা কিবদগী মঙলান ওইদুনা তোক্লে।

মচানুপী দিক্ষাগীদমক মতিক চাবা বর অমা ফংলবদি লুপা লাখ কয়া অউনপো ৎ ওইনা পীবদা চিংনদবা অনিলনি। দিক্ষাগী মমাংদা সনজীবনা মশাগী মশক তাকই।

- ঐগী মিং সনজীব কুমাব শর্ম্মা। পি:জি:টি জিওগ্রাফি, ভেলি হাইয়র সেকেন্দরি, চমোলি।

নাকল অনীনা পান্নবা মতাং থোক্লে। অউনপোৎকী মতাং য়ৌরক্লে। সনজীব শর্ম্মগী থবক্কী মতিকচাবা লুপা লাখ তরামঙা, টাটা সুমো অমা, অতৈ ইমুং-মনুংগী চংদবা য়াদবা মচাকশিং পীবা লৌবদা য়ান্নরে। অউনপোৎকী লমজেলদা লাইরিক হৈবা-হৈতবা লৈতে। সহর, খুঙ্গং খাইদে। অফবা মন্ধাক নুপা অমা নাম্থোকহন্নিংদে অনিল। শন্তোসসু মতাং চানা ফংবগী তঞ্জা মাঙহন্নিংদে। অতৈসু লৌনিংবা পীনিংবা ঙাক্তনি।

সনজীব অমদি দিক্ষা লুহোংনবগী থৌরাং লোইশিল্লক্লে।

নোংমা শ্যাম ওফিস রুমদা ফমদুনা চা থক্লি। নুপা অমা ওফিসকী অয়াবা লৌদুনা চংলকই। অদুগা ওফিসকী সুপ্রিটেন্দেন্টতা নোল্লুক্লা হংলকই ,

- সার, বিদ্যালয় অসিদা দিল্লিদগী সনজীবকুমার শর্ম্মা কৌবা অমা ওজা ওইবরা ?

- হোয় ওইরম্মী। হৌজিক্তি রিগুলর ওজা অমা লাক্লে। ঙসিদা থুংলরবনি।

- রিগুলর ওজা অমা লাক্লে !

- শ্রী সনজীব কুমার শর্ম্মা টি:জি:টি: সোসিয়েল সাইন্স কোন্ট্রেক্টনি।

- কোন্ট্রেক্ট ! টি:জি:টি: !

- করি তৌরে অঙকপা ফাওবগুম ?

- মহাক্লদি পি:জি:টি: জিওগ্রাফিনি হায়নে।

অসি হায়দুনা চিংনবা অমদি অঙকপা মতৌ উৎতুনা হায়রম্মী।

- অদোম কনানো ?

নুপা অদু সনজীব কুমার শর্ম্মানা লুহোংগদবা দিক্ষাগী মবুংশং অমনি। মহাক্লা সনজীব অমদি দিক্ষা লুহোংনবগী থৌরাং, সনজীবনা করি করি দিমান্দ তৌবগে হায়বনচিংবা শুগাইনা তল্লম্মি। অদুগা ওফিস সুপ্রিটেন্দেন্টদগী অকুপ্পা রাফম কয়া মরুম খঙলম্মি।

ঙসাই মখৈ অঙকপা অমা য়াওনা রারি তারম্বা শ্যামনা হায়,- হৌজিক সনজীবকী লুহোংবা নুংঙাইগদৌরি।

নুপা- মহাক্লা খজিক্তসু নত্তনা লুপা লাখ তরামঙা, টাটা সুমো অমা অতৈ পোৎ কয়াসু তাল্লিবনিনে।

- মখোযদু পীনবা থৌরাং লোইরবা নৎত্রা ?

- লোইরবনি, অদুদা অশেংবা অমত্তংদি খঙতোক্লবা লাকপনি।

সনজীবকী মমাংগী মতৌ নিংশিংলুবগা শ্যামনা হাযরকই, - রাহ্! সনজীব রাহ্! নং অফাওবা এক্টর অমা ওইরবা !

নুপা অদু তৌবিমল খঙবা উৎলম্লগা চৎখিরম্মী। ওফিস সুপ্রিটেন্দেন্টনা মখা তারকই।

- হৌজিক শ্রীসনজীব কুমাব শর্ম্মগী লুহোংবা মতাং অসিদা লোইশিল্লে। টি: জি:টি: এস: এস: টি: কোন্ট্রেক্টসু ফিনিস।

এপ্রিল,২০০৫

(বিজনোর)

.............

# শরু লল্লোনবা

ঙসিদি মতম কয়া ৱাজরকপগী মহৈ শোয়দনা ফংলনি খল্লুবদা মখোয় অনী মায়থোং মকা লাম্না উই। থা মঙা চঙনা মনিপুরগী কাচিন-কোয়া কয়া চঙদুনা ৱানা থিববা মতুংদা শরু অসি ফংলকপনি। ফংগদৌরিবা শেনফম অসিনা কান্নগদবা থবক্তা থাদদুনা কন্না শু-নোমদুনা মশা মশাগী হুমাংমনগা লোয়ননা হিংলসি হায়না খন্নে। মমাংদা মীনা শেল হাংখিবা, মীনা নমথাক তৌখিবা কয়া নিংশিংলুবদা শাওনিংবা পোক্লকই। অদুবু পুম্নমক অসি ঙসিদগী কোক্লগনি খল্লুবদা থম্মোইদা নুংঙাইবনা মথুম-মরাং হৌই।

চহি খরগী মমাংগী ৱানি। মত মান্নবা মমান্নবা খরগা ৱানা হোৎনদুনা শেল খায়জিন্নরগা সেল্ফ ইমপ্লোইমেন্ট বেঙ্ক লিংখৎখি। মপা চুমদুনা নীংথিনা চাউখৎলকখি। যুমলোন কৈরোনবা খুল কয়াদগীসু লোন লৌনবা অমদি দিপোজিৎ তৌনবা মীওই কয়া-কয়া লাকখি। বেঙ্ক অদুনা মীওই কযা থবক পীখি। হিংনবা মতেং কয়া পিখি।

ঙসি সেল্ফ ইমপ্লোইমেন্ট বেঙ্ককী তরুকশুবা মপোক নুমিৎনি। মমাংগী চহিশিংদদি নুমিৎ অসি শুমাং লীলা কৌদুনা মীয়াম্বু য়েংহল্লম্বনি। ঙসিদি লোন লৌরগা শিংবগী হৈনবী লৈতবা লমদম ওইবনা বেঙ্ক অসি চাউখৎপা ইঙম ঙমশিল্লক্রে। অদুনা ইচম চম্না টি পার্টি অমা তৌদুনা লোইশিনখ্রে। মীওই খরা তিল্লম্বা অদু হন্নখিদুনা এজিক্যুটিব মেম্বর মনি অমদি কমলখক্তা ঙাইহৌরে। পাবা লোইশিনখ্রবা বেঙ্ককী চহিগী শেনফম অমুক খন্নবা হৌরকই। নোংমা নোংমগী মুৎথরক্লিবা ফিভম অদু ময়েক শেংনা খঙলে। হিংদবদি য়াদবনিনা বেঙ্ককী থবক অসি তোক্লগা নুঙগী করবার তৌরগে হায়না চপ যুংনা লেপ্লে।

নোংমা কলকাটাগী মী চিল্লবা গলি অমদনি। মখোয়না পুরকপা নুঙ অদু য়োল্লম্লগা পৈশা খাউজাউ অমা ফংলনি হায়বগী নুংঙাইরবা আশাদা তাউরি। মপালগী ব্রাইটিং রুমদা মনি অমদি কমল ফমদুনা পেপসি থক্লি। মহাজন্না নুঙ অদুগী অরুম্বা অদু য়েংলগা পৈশা পীরগদবনি। হান্ননা ওন্দুনা পুরক্লবনি। হৌনবী মতুংইন্না অমুক হন্না ওনবতনি। মহাজন্না মহাক্কী অরোনবা কাদা চংলুরগা অশাউবা মতৌ উৎতুনা থোবকখি। নুঙ য়াওবা খাউ অদু মখোয় অনীগী মমাংদা লংশিল্লক্তুনা হায়রকই, - মসিদি করি কান্ননি ? নখোয় অনীনা কমাইনা শেংদবা নুঙ অসি পুরক্লিবনো ?

মহাজনগী ব্রাদু তাবদা মখোয অনী শ্বাই লাউই। শাউনিংবনা ঈ কারকই, মশাদু হুমাংনা চোৎলকই। ম্যানমার মচা অমনা লায়না শান্নরক্লে খল্লুবদা তকসি শোন্দুনা খাঙলে। হৌজিক য়ুমদা হন্নবগী শেলস্ মরাং কাইদে। কমদৌনি খনবদা মথা শাবে। মখোযগী মতৌদু উবদা মহাজন্না নুংশিবীদুনা য়ুমদা হন্নবগী খরচ পীদুনা উচিন-নাচিন্না য়ুম যৌবক্লে।

লাকচ-থিবা মতৌদুদা ম্যানমার মচা নোয়োগা তন্না উন্নরে। মদুদনা হেন্না অমুক তকসি শোল্লে। নুঙ অদু টেষ্ট তৌবদা মখোয় য়াওহৌদবনা লাল্লমলে। কলকাটাগী মহাজন অদুনা মহাক্কী অরোনবা কাদগী শেংদবা নুঙ হানজিল্লগা অশেংবা নুঙনা লৌহৌবনি হায়না তাক্লবে। মখোয় অনীবুনা মীনুংশি উৎশিন্নদুনা অপঙবা শিবগা থাদোবকপনি হায়বরে। নোযোনা হায়রকই।

- মথংদি কারবার অসি তৌরনু। অতোপ্পা অমা ঐ হায়গে। কৈগী শরু পুরকউ। নখোয়গী মাঙখিবা পৈশা অদুদগী হেন্না কৈ অমগী শরু পুরকপদা ফংগনি।

মনি- নহাক্তি কদাইদা থাগদৌরিবনো ?

- মদু ঐনা চাইনাদা থাগদবনি। হিদাক য়াম্না কান্নবা পোৎনি। পোৎ অদু নখোয়না পীরক্লগা ঐনা পৈশা পীগদবনি। মসিদা অতোপ্পনা চালাক তৌবগী ব্রাফম লৈতে।

নুমিৎ অদুদগী মনিপুরগী কৈ লৈবা জঙ্গল কয়াদা চৎতুনা কৈগী শরু থিবা অমুক হৌরকখি। শা তানবা হৈবা কয়াগা উনখি। লমদমসিদা ফোঙবা পাউচে মখল খু দিংদা কৈ হাৎপগী পাউ য়াউবরা হায়না য়েংখি। গাড়ি চংবা ঙমদবা খুন কয়া খোঙনা ৱানা চৎ-চৎতুনা শরু থিখি।

নোংমা তমেংলোংগী উআনচেংফাই খুনগী মী অমদগী মমাং চহিদা কৈ অমা হাৎখি হায়বগী পাউ ফংখি। পাউ হেক ফংবগা খুন অদুদা চৎখি। শরু অদু লোকখাবোমদা লংথখিবনি, তবমখিদরা হায়দুনা কোইথি থিখি। মী অমনদি হুইনা মচেৎ মচেৎ চেন্দুনা পুরকপা উখি হায। অদুবু থিবা য়াবা থিবদা ফংদদুনা হল্লকখি।

মমৈথংদা নোংমা তমেংলোংগী অশোংবা জঙ্গল অমদগী থা খরগী মমাংদা হাৎখিবা কৈ অমগী শরু লৈবে হাযবগী পাউ লাকখি। তমেংলোং বজাবদগী নুপা অমনা অরাপ্পা খুন অমদগী ৱানা পুবকখিবনি। নুপা অদুদা মমল ওইনা লুপা লিশিং অনী পীরম্লগা পুরক্লে।

ম্যানমারগা লোন্নবা মোবেগী মফম অমদা নোযোগা লোন্না উনবে। শরু অদুগী মওং - মযা পানবা মকোক্কী শরু, খুজিন পানবা মখোংগী শরুনচিংবা কয়া কুপ্না যেংলবা মতুংদা অশেংবা কৈগী শরুনি হায়বা খঙলে। শরু অদু খাউ অমদা নিংথিনা হাপচিল্লে। ফুবিৎখাউদগী নুঙ মচা অনী লৌথোক্লগা মনিদা পীরদুনা হাযরকই।

- সে, নুঙ অনী অসি নখোয় অনী অমমম যেন্নৌ। মমল যাম্বা নুঙনি, মাঙহনগনু। পৈশা ওইনা পুরবদি লম্বী চৎথোক-চৎশিন্দা নুংঙাইতবা য়াই।

কুইনা পম্বুরবদি খুদোংথিবা থোকপা য়াই হাযদুনা নোয়োদি চৎখ্রে।

মখোয় অনীদি মখোয়না শাগৎচরুবা আশা অমদি ফংলিবা নুঙ মচা অনীগী খল ওন্নরুবদা অঙকপদুম পোক্লে। পীক্লবা নুঙ মচা অনীদুনা পৈশা কয়াবু ফংগদৌরিবনো ? মতুংদা অসিগুম্বা করবারসি অমুক হন্না তৌবা হৌনদে হায়দুনা শাউনীং-শাউনিংনা হল্লক্লে।খনজিল্লুরগা নোক্লিংবসু পোক্লে।

অশেংবতদি খঙলগে হায়দুনা সনা শাফমদা লাকখি। নুঙ অনীদুগী মমল কয়ামুক পীবা ঙম্বগে হায়না হংলুই। মদুদনা হেন্না খোইদৌ শাউগৎলে। নুঙদু অশেংবা নত্তে হায়রক্লে। নুঙদু লংথোকখ্রগে হায়না ফাওবা খল্লক্লে। অদুবু ম্যানমার মচাদুনা হায়রকপা মমল য়াম্বা নুঙনি মাঙহনগনু হায়বদু নিংশিংলুরগা হুন্দোকসি কদাই থমখিসি কদাই তৌদুনা লৈরে। ফুঙ্গা ব্বারিদা য়াওবা গুরু খল্লুবদা মমল ওইনা মাইরেল মরু পীরকপগী ব্বারি তৌনদুনা হুন্দি হুন্দোক্লে।

করবারগা রাশি তিন্নদবা মখোয় অনী হিংদবদি য়াদবনিনা মানা মানা থোকপা শু-নোমদুনা হিংনবা হোৎনদুনা লৈনখ্রে। মনিদি প্রাইভেট স্কুল অমদা ওজা ওইখ্রে। কমলনা মবাই অমগী দুকান্দা থবক তৌখ্রে। শিনফমনা য়াদদুনা মখোয় অনী কযা তোইনা উনবা ফাওবা ফংদ্রে। মনিনা মাগী নুঙ অদু মশেলনুপা নেপালদা কববারগী তোইনা চৎপা অমদা য়োম্থোরকউ মাঙদি মাঙহনগনু হায়দুনা পিথোকখ্রে। কমলদি খুদোপ্তা হাপ্তুনা শিনরে। মতম কয়া মাঙখিবা, শেল কয়া তিংখিবা মমাংঙৈগী কববাবগী থবকশিং পুন্সিগী হিংবগী করবারদা কয়া নীংশিংলুদ্রে।

থা খরগী মতুংদনি। নোংমা মনিগী মশেলনুপা জেমস ইখঙ খঙহৌদনা চংলকখি। ইমুং-মনুং অনা অয়েক্পা যাওবরা খল্লুই। মদুদি ওইবমদ্রে। খাউ অমদগী শেল মপুল খবা শৎতোবক্তুনা হাযরকই। নুঙদু অতাংবা নুঙ ওইবল্লে। সে লুপা লিশিং হুম্ফুতবানি। মনি অঙকপা অমদি মকা লাম্বা মাইথোংগা লোয়ননা ফম্লম্বদগী ফুক হৌগৎতুনা হায়,

- হা ! অশেংবরো হায়বিসিবো ?

মে, কুনমরি, ২০০৫

................

# তম্নলাই

'ক্রিং-ক্রিং, ক্রিং-ক্রিং, ক্রিং'

টেলিফোন বিং মখোল অদুনা নুংথিল উইবোল-উইবোল উইথরুবদু কাযহনখি। টেলিফোল পাযখৎতুনা হংলুই,

- কনা ওইবিববনো ?

- মেডাম, ঐ ভান ড্রাইভব মহেশনি। মেমথোই হল্লক্লববা ?

- হল্লক্ত্রিনে। নংনা থিল্লক্লোইদ্রা হাযবিসিবো ?

- ঐনা লাকপদা মখোযগী ককা অমনা চৎমিন্নখ্রসি হাযদুনা মকটি কাব অমদা চৎখ্রে হায়না মখোয মমান্নবী অমনা তম্মী।

- কনানো হাযবিসিবো ?

- খঙদে।

থোঙ্গালদা থোক্কুনা ঙাইহাক ঙাইববা ফাওবা যৌবক্লমদে। ঙাইহাক অসুম মওল-মওল খল্লুই - ককা হাযবিবদু কনানো ? লম্বীদা পন্দুনা লৈথোকখ্রব-জাৎলা ? অমুকসু হোংলক্লিবা সমাজগী যাওলসিনা ফৎলক্তবসিদা মীনা ফাখ্রববা হাযনসু চিংনবম্মী। ওফিস কাখিবা মপুবোইবা থোইবদা পাউ পীবম্মী। নুংশা থির্বাদি অসুম-অসুম হেনজিল্লকখি।

মেমথোই সনাতোম্বী অমদি থোইবগী অমত্তা পোকচবী মচানুপীনি। হৌজিক ক্লাস নাইনদা তম্লি। মমাং চহিগী ওল ইন্দিয়া মেরিট স্কোলারসিফ একজামদা ক্লাস আইটকী ওইনা কোম্বীরৈ ইংলিস স্কুলগী মহৈরোই অনী খল্লকপদা মহাকসু য়াউরকখি।

নুমিদাংবাইরম ফাওবা হল্লক্রুবা অদুদদি মেমথোই ফাখ্রে হায়না পুলিস অমদি মীয়াম্না লৌরম্মী। পুলিসনা মাইকৈ কয়াদা চাইথোক্লুনা থি-হুম্বগী থবক চথরম্মী । কনানা করি মরমগী ফাবনো হায়বসু খঙলমদে। থোইবা বাখল ফুম্বংননা বা-লান অমত্তা ঙাংদনা ফল্লম্মী। সনাতোম্বীদি মিৎলুদগী পিরাং অরেপ্পা লৈতনা শিন্থুদুনা মচাবু কৌরগা কপ্লম্মী। মচাবু মীনা ইজ্জৎ মাঙহল্লমগদ্রা, মফম খঙদনা হাৎলগা হুন্দোক্লমগদ্রা হায়না মওল-মওল খল্লম্মী।

নুমিদাং পুং মাপল তাশিল্লক্লে। মখা তাবা পাউ অমত্তা ফংলমদে। মচা অদু করম লৈবিদগে হায়বগী মখোয়গী অবাবা বাখল অদু শকখঙদবা কনানা তৌরকপা টেলিফোলগী রিং মখোলদা লৈশিনখি।

- ঐ থোইবনি হায়বীয়ু ।

- সার, অদোমগী অঙাং ঐখোয়গী খুত্তা লৈরি। ঐখোয় সারগা হৌখিবা তাং তরাতরেৎতা উনদুনা ঙাংনখিবদুনি। অদোমগী অঙাং অশোয়-অঙাম য়াওদনা ফংনিংলবদি পুং কুনমরিগী মনুংদা লুপা লাখ তরা অদু ঐখোয়গী খুত্তা য়ৌহল্লক্কদবনি।

মসি হায়দুনা ফোন থমখিরম্মী।

থা অমগী মমাংগী বানি। নোংমা অয়ুক পুং তরামাথোই তারকপা মতম ওইরম্মী। মপুরোইবনা ওফিস কাখিঙৈ, মচানা স্কুল চৎখিঙৈ তাল্লক ওইরম্মী। মপান্দগী কোলিং বেল খিংলকখি। সনাতোম্বী থোং হাংদোক্লুনা য়েংলুবদা চহি কুনলোমগী লেংগা ওইগদবা নহা অনীখক লেপ্লুনা লৈরম্মী। সনাতোম্বীনা হংলুই

- কনা ওইবিরবনো ?

- মেডাম, ঐখোয় সারদা লেটর অসিমত্তং পীজরমগে হায়না লাকচবনি। মসিমত্তং সারদা শিন্নবীয়ু।

ইনভেলব অঙৌবনা খুম্বা লেটর অমা খাউ অমদগী শৎতোবক্তুনা সনাতোম্বীদা শিন্নবম্মী।

- ঐখোয় হায়বু কনা ওইবিরবনো ?

- লেটব অসি পাবীবগা হেন্না খঙবীগনি। ঐখোয় লমদম অসিগী মীয়ামগীদমক কৎথোক্লবা মীওইশিংনি। হাপ্তা অমা লৈরগা অমুক লাকচগে।

অসি হায়দুনা নহাশিং অদু থোকখ্রে। লমদম অসিগী মীয়ামগীদমক কৎথোক্লবা হায়বা ব্রাহ্মেদু তাবদা সনাতোম্বী ভাব তাবে। ইনভেলব অদু হাংদোক্লুবদা লুপা লাখ তরাগী দিমান্দ লেটব ওইবমখি। মপুবোইবা থোইবনা চিফ সেক্রেটবি ওইবা হৌবকপদগী কাংলুপ অমগী মথংদা অমগী পুবা থাংবা ঙমদবা ডিমান্দ কয়া লেপ্তুনা লাক্লম্মী।

হৌখিবা তাং ১৭ তনি শকখঙদবা মীওই খবা লাক্লুনা থোইবগা ডিমান্দ লেটরগী মতাংদা কন্না ঙাংনখিবদু।

- সার, ঐখোয় মুন্না খঙই। পীবা ঙমগদবা সারদা হায়বনি। ঙম্লোইদবদি ঐখোয় হায়বোই।

- ইবুংঙোহোয, ঐনা হায়জরিবসি অশেংবনি। অবানবা লম্বীদগী ঐ লুপা অমা ফাওবা তানশিন্দে। ঐগী থা অমগী সেলবিদি পীবা ঙম্মী।

- সার, ঐখোয়বু ফাগী ওইনা লৌবীগনু। ঐখোয় লৈবাক্কীদমক তুম্বা-চাবা খঙদনা সেবা তৌরিবনি।

- ঐনা তৌরিবসিদি লৈবাক্কী নত্তববা ? ঐখোয় সরকারগী থবক তৌবগা পামদ্রে।

- ফৈ, সারগী অপামবদু তৌবীয়ু। নঙক কনবগী অব্রা ঈপাক্তা ইরাক্ল দনবা শেম শাবীয়ু। ঐখোয় চৎলে।

পুম্নমকশিং অসি নীংশিংলুবদা থোইবা অমদি সনাতোম্বী মচাগী মরাইবক্তা করি থোক্লগদবা খনবদা মিকুপ অমত্তা নে-তানা ফম্বা ঙম্লমদে। খুদক অদুদা কোয়চেন চেন্দুনা কোইহং হংদুনা লুপা লাখ তরা খোমজিল্লম্মী। টিডিম রোডতা মখা পাংনা হায়থরম্মী। শকখঙদবশিং অদুনা হায়বা মফমদা গাড়ি খাল্লম্মী। ফনা থেংলবা ফাওবা কনা অমত্তা থোবকপা থেংনবমদে। মমৈথংদা হয়েং নোংঙাল্লগা লাক্লবা খঙহল্লকপদগী হল্লক্লম্মী।

নোং ঙাল্লক্লম্মী। খববগী অহানবা লৈমাইদা চাউনা ইরি, 'নুপীমচা অমা হুন্দোক্লল্লে।' সনাতোম্বী ইপা পাখৎলম্মী। মিহুল শুরমদে। যাম্না খঙনিংবগা লোযননা মখা য়েংলুবদা 'চহি তবাবোমগী নুপীমচা অমা শিবে হায়না হুন্দোক্লম্বদগী মতম চানা পুলিসনা থেংনবদগী হোসপিতালদা লায়কল্লখ্রে। নুপীমচা অদু খুদোংথিনীংঙাই ওইদ্রে। নুপীমচা অদুনা শিখিবা সনা যাউবমদ্রে। নুপীমচা অদুদগী ঈ কা হেন্না লৌথোকখ্রে হায়না ডাক্তবনা কনর্ফাম তৌখ্রে। নুপীমচা অদুগী মমিং বন্দনা কৌই। মহাক...।' মচা মেমথোই নত্তে হাযবা খঙবদগী মিহুলগী খোংজেন খবা তপথরকখি।

অনীবক শুবা ওইনা শকখঙদবশিং অদুগী মনাক্তা চৎপদসু থেংনবা ঙমলমদে। পাউ ফাওনবসু ঙম্লমদে।

হুম্নি শুবগী অযুক্তনি। পুলিসকী পাউ অমা লাকখি। নুপীমচা অদু শিনা ফংলে। লম্বীগী চিদাইদা তাদুনা লৈরম্লে। য়াম্না শাথিনা ওৎ-নৈরগা হাৎখিবগী খুদম ফংলম্মী। মীহাৎপশিং অদুগী প্রমান ওইবা যাবা খুদম অমত্তা ফংলমদে। পোষ্ট মোর্টেমগীদমক হোসপিতালদা থাবম্মী। পোষ্ট মোর্টেম তৌবদা নুপীমচা অদুগী খুবোমদা মচিন তুম্বা যেৎতুমগুম্বা অমনা খোৎত্তুনা 'ককা রাজু' হাযনা থাবা থেংনরম্মী।

পুলিসকী মত মতুংইন্না মেমথোই হাৎপা মীওইশিং অদুগী মরক্তা অমদি মেমথোইনা মশক খঙলম্মী হায়বসিনি। মীওই অদুগী মমিং কোন্না খঙলক্লবা মহাক্লা হৈ-শিংনা মশাগী হকচাংদা ইরম্বনি। পুলিসনা মেমথোই হাৎপগী কেসকা মরী লৈননা থোইবগী লৈকাইদগী রাজু কৌবা অমা ফাগৎনবা থিরম্মী। রাজু নুমিৎ মরি-মঙানিগী মমাংদগী ময়ুমদা হনজিল্লক্ত্রি। মহাক নম্বর ফোর চাবা, গুলি চাবা মী ওইরম্মী। মহাক্কা থোকমিন্নখিবা মমান্নবা অমবু অমুক ফাগৎনবা থিগৎলুবদা মহাকসু য়ুমদা লৈরমদ্রে। মখোয়গী মমান্নবা মরি মঙাগী মমিং মথা খঙলক্তুনা থিজিল্লুবদা মখোয পুম্নমক নম্বব ফোর অমদি গুলি চাবা ওইবমলে। মখোয় কনা অমত্তা মশা থেংনরমদে। পুলিসনা ব্রাফম অসিমসু খঙলে মদুদি মেমথোই ফাবদা রাজু য়াউরমগনি। মেমথোইবু পৈশাগা শিন্নদুনা থাদোকপা তারবদি কোন্না খঙনরক্কনি খনবদগী হাৎতোকপা ওইবমগনি। চিংনবা মীওইশিংগী য়ুমদা চঙ-চঙদুনা থি-হুম্বগী থবক চথবদা বাজুগী মমান্নবা জেমসকী ইমুংদা মেমথোইনা পুনখিবা তাই অদু ফংলম্মী। তাই অদুগী মচিনগী মনুংথংবা শরুক্তা পুম তাইখিবা লংগী মচু অমদি কিশি কিখিবা লংগী অশাংবা মচিন মনুংদা য়েপশিনখিবদু য়েংলগা মমানা মচাগীনি হাযনা মশক তাক্লম্মী।

নুমিৎ খরনিগী মতুং নোংমা লিলোং বজাবদা দ্রগ চাবা গেং খুৎপু অদু লৈরে হায়বা ভাবদা পুলিস টিম অমা চংশিল্লম্মী। পুলিস থুংলদ্রিবঙৈদা মীওইশিং অদুদি মফমদু থাদোক্লগা চেনখিবম্লে। মখোয়না লৈরম্বা হোটেল অদুগী ইন্ত্রি রেজিষ্টারদা য়েংলুবদদি মিং মান্নবা অমত্তা যাউরমদ্রে।

পুলিসনা মীহাৎপশিং অদু ফানবা কন্না হোৎনরবসু মীযামগী পেন্দবদি হেনজিল্লকখি। মখোয়গী অশাউবা অদু কনানসু থিংবা ঙম্লমদে। লমন খুম্নিংবগী মৈনা চাক্লবা মীয়ামশিং অদুগী মফমদা অচুম্বনা করিনো অরানবনা করিনো হায়বা কাউশিল্লক্লম্মী। লমন খুম্বা হাযবা ঈহুল অসিনা হুমদুনা পুরম্মী। মীহাৎপশিং অদুগী মযুমশিং মৈ থাদোক্তুনা উৎ ওলহল্লম্মী। মখোয়না তৌবা ফত্তবা থবক্কী

ফল মবাল লৈজদ্রবা ইমুংগী মীওইশিং অদুদা পীবম্মী। মবাল লৈবশিং অদুদি ফাবা ওল্লমদে। অমবোমদা মী কয়া লাক্তবা তাল্লক্তা, অমম-অথেংদতা নত্তনা সহবগী চিল্লবা মীবক্তা তম্নলাইনা মচি মচিদা তম্নবদি লেপ্পমদে।

মে, কুনহুমদোই, ২০০৮

## লোইরবা





# অইবগী মরমদা

শ্রীধনশ্যাম ৱাহেংবা ৱাঙ্গোই ৱাহেংবম লৈকাইদা ইং ১৯৭১গী সেপ্তেম্বর ৭ তা পোকই। অপোকপগী মিং ৱাহেংবম য়াইমা সিংহ অমসুং অপোকপীগী মিং ৱাহেংবম ওংবী খুরাই দেবী কৌই। অইবা অসি এম: এ: মনিপুরী অমসুং বি: এড:নি। মহাক মনিপুরী সাহিত্যদা থৱাই য়াউজবা অমসুং সাহিত্যবু নুংশিজবা মীশক্নি। এ: আই: আর: ইম্ফালগী মতম ঈশৈগী শৈরেংবা অমসু ওইরি। ব্রিলিয়ন্ট পব্লিক স্কুল, শামুরৌ অমসুং জৱাহর নবোদয় বিদ্যালয়, বিজনোর, ইউ: পি: দা ওজা অমা ওইনা মনিপুরী তম্বীরম্মী। হৌজিক্না জৱাহর নবোদয় বিদ্যালয় রেৱারি, হরিয়ানাদা টি: জি: টি: মনিপুরী ওইনা লোন অসিবু তম্বীরি।